অফোওবা—


শ্রীঅচোম ইবোবী সিংহ

সোগাইজম লৈরক,

ইম্ফাল।





অহানবা শায়োন ১৯৬৭ ইং

লাইরিক মশীং ১,০০০।

ফংফম :—

দি ফ্রেণ্ডস ইউনিয়ন প্রেস, ইম্ফাল।

অদুগা

অতৈ অতৈ লাইরিক য়োনফম দুকান পুম্নমক।





নম্ফম—দি ফ্রেণ্ডস ইউনিয়ন প্রেস, ইম্ফাল।

# কচ্চরি

## থাজ-থবা

ঐগী মামা ইবুংঙো
শ্রীদামোদর চন্দ্রপালগী
খূয়া থম্বাল অমীদা।

নোংদোল থক্কী কোরেনয়াই
ঙমজতুনা কৎল'স্নু
পঙল-ৱাখল-নোংদোন্দা
কচ্চনিংঙি কৎঙমদে
তৌরিমন্না মহেল্লি।
মুশি মশি থোক্লিবা
থাজ-থবা কৎপদি
মতীক চাবা নচ্চদে।
কচ্চনিংনা কৎপনি
লৎনদনা লৌবিনি।

অইবা

# থাগচ্চবা

লাইরিক অসি ইং কুমজা ১৯৫৫ দা ইজবনি। মসীবু উনম নমহ্নুনা অহানবা শায়োন থোকহঞ্জবদা এডুকেশন ডিপার্টমেন্ট, মণিপুরনা লুপা ৪০০.০০ তেংবাংবিরকই। মসিগীদমক ডিপার্টমেন্ট অসীবু হন্না হন্না থাগচ্চরি।

নমহ্রিবৈদা লাইরিক অসিবু পাবিহ্নুনা অরাল অহুই তাকপি-বগীদমক শ্রীমান সোবেনশংবম নবকান্তসিংহগী অহ্নগা বনাম্নচিংবা চুমথোকপিবগীদমক শ্রীমান হৈক্রুজম মঙ্গিসিংহ, বিঃ এঃ বি. টিঃ গী শিংবা ঙম্নরোইদবা লম্মল তোঞ্জরে।

লাইরিক অসীবু দি ফ্রেণ্ডস ইউনিয়ন প্রেসতা নম্বিহ্নুনা ফোঙদোক-পিবগীদমক শ্রীযুক্ত খুমল্লম্বম রাসবিহারী সিংহ, মেনেজর এফ, ইউ, প্রেসপু ঙমখৈ লৈতনা থাগচ্চরি।

অইবা

# শক্তম্লাংবদা চঙবা মী

## নীপা মশীং

১। তরংখোম্বা—খূমন নিংথৌ
২। কম্বোঙবা—তরংখোম্বগী মনাও
৩। নোংখোম্বা—লাল্লোইহঞ্জবা অমা।
৪। চীংনাংঙম্বা—লাকপা ( মৈতৈ অঙম্বা )
৫। কাঙজাম্বা—খাবম লাকপা (মৈতৈ অঙম্বা )
৬। চাউন্নু—লোমী অমা
৭। রাঙম থাজ শকৃহেনবা—মৈতৈ নিংথৌ মচা।
৮। ( লোমী খরা, শূগ্রিক, মক্রিরুচিংবা তরংখোম্বগী লান্মী ময়াম, মৈতৈ খরা )

## নুপী মশীং

১। থবা তম্ফা শকহেনবী—তরংখোম্বগী মমোম্লোন।
২। লৈয়োন—চাউন্নুগী মচানুপী।

# থাজ থবা



## অহানবা তাংকক

### অহানবা ভুংপা

### মৈতৈ কোন্নুং

মফম—কংলা

মতম—ছুংথিল পোবোপ।

(লৈবাক্কী অঙম অথৌ পূম্নমক মাগী মাগী ফম্ফমদা ফমদুনা লৈরি—মপান্দগী তানয়্রৈবনা পূং ড্রঙ ড্রঙ থীন্দুনা লাউরকই।)

তানয়্রৈবা— য়াইফরেনগী য়াইফবা
ছুইয়েল লানপী ঙম্লবা
মৈতৈ ঙম্বা লাইয়িংথৌ
সনা খোঙদাবিরক্লে।

(পূং ড্রঙ ড্রঙ থীল্লি—তরংখোম্বা নিংথৌ মনাইশিংনা থোগন তৌদুনা লেঙঙকই—মীয়াম পূম্নমক হৌগৎতুনা মকোক নোম্না লৈনৈ—নিংথৌ চঙশিন্দুনা তাঙবন্দা লেঙশিল্লি—মীয়াম্না খুরম্লগা মাগী মাগী ফম্ফমদা ফমথনৈ।)

তরংখোম্বা— কুমজ্ঞা অনৌ নমূকক্লা
পাঙল্লবা মৈতৈগা
কন্না লাম্থেংনদুনা

খুমনপুংগী পুমারেল,
তরংখোম্বা নিংথৌনা
পোইরৈ লমদম লোকপনি।
"মৈতৈ ওম্বা" মিংছল লৌ
মৈতৈ খুমন লৈপাক্কী
য়ায়েল খুর্জো পায়রকপা
কুম্মোল অনী ওনথরে।
অসী ফাওবা মৈতৈনা
নিংথৌ ঐবু উঁশিত্ৰি ?
করিগীনো মথোয়না
পীকম থোকপা কাংগৎকাও
পীথোক্তি বা অসীবো।
থঙ্গনিদো হন্দক্তি
লম্মোন তুহেন্নরবা
মৈতৈ 'মতা থন্নরোই,
তক্লা তুম্না হাৎকেদো!
কাওজাম্বা— !
কাওজাম্বা— নোংদম্বিনি ইনিংথৌ। ( মথুৎ লোমৈ )
তরংখোম্বা— করিগীনো নহাক্লা
কাংগৎ থোকহল্লিবদে ?
'সীগীদমক নৎতরা
নওবু লাকপা থিন্দোকপা ?
কাওজাম্বা— অদোন নিংথৌ লাইম্নিংথৌ,

মৈতৈ ওস্বা লৈমাবা,
খুয়াথাগী ননাইনা
কন্না থৌগচ্ছরিদা।
মপুয় য়াথং তুংইন্না
কাংগৎ পীয়ু য়াদবা
মরাল লৈবশিংদুবু
মতীক চানা চৈরাক পী
থীনা লাক্লজরিদো।

তরংথোম্বা— মতুনা থক চৎনরোই
য়ারোই কাংগৎ থোক্কবা।
লান্দা মাঙখি ভাখিবা
লোইনা মেনথক্তোকনি
মৈতৈশিংবু নৈতুনা।

নোংথোম্বা— লৈভাক্লোনগী কাঙলোন্দা
ইনিংথৌনা শোয়বনি।
মৈতৈ মচা অনীবু
লাকপা হাপ্পে মহুত্তা
খুমন ইশা ভাক্কবু
হাপ্পিরম্বা থোক্ল'দি
ইকোম কোম্না লহান্না
থবক থোক্লদৌবনি।

কাঙজাম্বা— ইনাও লাল্লোই হঞ্জবা,
মপুয় সনা মাঙসিদা

থকসি থাসি নাইদনা
পঙভাং ঙাঙনহুসিদা।
নোংথোম্বা— মরীল ভেংনা ভকপদি
মীগী মতীং মেংপনি।
মতীংহুবু মেংল'দি
মীশক মীওই মথভিও।
কাঙজাম্বা— লাম্লোইহনবা কমদৌনা?
নোংথোম্বা— ইভোন লাকপা নংতরা?
থৌহু 'থক্তা ফমহনা
থাঙলেন্ ময়া চীক্লুনা
শরী নামুঙ ভৌখিবা—
"মৈতৈত্র ঙম্বা নিংথৌগী
য়াইফনবা শীন্বদা
মৈতৈ লৈপাক অসীগী
করিমতা য়েংলরোই।"
কাঙজাম্বা— শকখি কম্না য়াশকখি।
নোংথোম্বা— য়াশকুগী মহৈবু
থোক্লিবশিং অসিরা?
কুমজা অনী কারক্লে
অমাঙ্বদি নিংথৌগী
করিমতা মেন্থক্লি।
কাঙজাম্বা— য়াশকতুগী তুংইম্না
ঐবু লোইহবা নিংথৌদা

থরায় হকচাং কখোল্লি ;
ঐগী ঈরী ওইরবা
মৈতৈ কয়া কয়াবু
অয়াবদা ভাহল্লি ;
কাংগৎ কয়া থোগংলি,
পীদবশিং অহুবু
মতীক চানা লাক্লি ;
লৈপাক ঈরাং হৌহনবা
লম্ফোল্লবা মৈতৈবু
ইথুংমক্লা ছাংলিনা ।

নোংথোম্বা— মৈতৈ ওম্বা য়োইমরেল,
হংগচ্চবা লৌবিয়ু—
থুমন ঐগী ইপাচা
মতীক মপা চারবা
ইচীন ইনাও লৈরিঙৈ
পীথোকপিয়ু মৈতৈদা
কয়েন কমথোই অমত্তা ।
মাগী ঈগীদমক্তা
থরায় কংপা ওয়বা
থুমন্ মচাশিংসিবু
হুয়ান্‌বিবা তৌবিয়ু ।

ভরংথোম্বা— চুম্মি, লাম্নোইহঙ্গবা ।
অতুম অতুম ওইনমক

ম্রাম্না কুপ্পা মরোল লৈ। (কাণ্ডজাম্বা)
থাবম লাকপা নণ্ড্ চংলো,
নণ্ডগী নথৌ পাণ্ডথোক্লু।
লৌরাই থৌরাই কূমত্থনা
ঐগী কাংগং থৌগংলু।

কাণ্ডজাম্বা— সনা নোংদম থোক্লিদো। (চংখি)

তরংথোম্বা— থাবম্ লাকপা কাণ্ড্জাম্বা
ম্রাম্না ব্রাজরক্লবা
ঐবু নীংবা মীশক্লি।
মৈথৈ খূমন অনৌনা
লাম্থোংনত্রিথৈদগী
মমা লৈবাক থাত্থনা
নিংথৌ ঐগী ইকাদা
চণ্ড্জরকপা মহাক্লি।
মরাম্রবক্লা থীরি'দি
মানা হাৎহঞ্জনিংবা
ঐহাকীস্থু য়েক্লবা
নিংথৌ মচা থাজবু
ঐনা হাৎপা ওমহোত্রে।

নোংথোম্বা— মত্থমস্থু ইনিংথৌ
ম্রাম্না লুবা মরম্লি।
করিগুম্বা থাজনা
হিংলমত্থনা লৈর'দি

নোংমা নক্রে নোংমদি
হুয়েল লান্দারকৃথিনি।
অসীগীম্নু মথক্তা
চীংনাংগুম্বা লাকপনা
মতমলৈবাথিবিক্তা
মৈতৈগীদা মতাও্লি।

তরংথোম্বা— ঐনা থোকহুনবনিদো।
পূকচেল থোয়জেল তিম্না
মরা তপ্পা পাঙবা
য়াগবরা হায়হুনা
লাকপগী-ক্ষম অমদি
শিম্নথোকথি লৈপাক্তা।
চীংনাংগুম্বা হায়বসে
মৈতৈশিংনা হায়নি
অহুননি মহাক্না
মৈতৈগীদা তাওলিবা।

নোংথোম্বা— য়াইকরেনগী য়োম্নহেনবা,
ঐবু লোইবা লৈমাবা,
সনা খূম্না তুশিংনা
শাংথ-তোলোই-পুঙ্জিনা
পানগে নীংবিরবদি
মৈতৈ মচা কয়াইবা
লোইনা লৌথোকপিরগা

খুমন ঙাক্তা হাপ্লিয়ু।
মহুত্তনা শাকনি। (চীংনাংঙম্বা লাকই)
চীংনাংঙম্বা— মৈতৈ খুমন লৈপাক্কী,
কংলা শীংকাপ ভন্নিবা,
ঐবু লোইবা লৈমাবা। (খুৎলী)
তরংখোম্বা— অসুক খেঙ্‌না লাকপদি
করিগীনো অঙম্বা?
চীংনাংঙম্বা— মৈতৈ লৈপাক মীয়ামগী
মপূক্কী য়া লোয়িবগে
খরা খজিক খেঙদোকখ্রে,
ঙাকপিনিদো ইনিংথৌ।
তরংখোম্বা— করম তৌনা অঙম্বা?
চীংনাংঙম্বা— থম্লুবদা ইনিংথৌ
চীঘান য়ারী কংখরে,
শোয়গী চরম ফুনখরে।
তরংখোম্বা— কোথরম্নু অঙম্বা,
হায়য়ু তাসি মরমহু।
চীংনাংঙম্বা— অতৈ নত্তে য়োইমরেল,
লৈপাক্কীদি মপান্না
চাউজবনি নিংথৌমা;
নিংথৌছুগী মপান্না
পাজবনি লৈপাক্না।
লৈপাক নিংথৌ অনীনা

পূকচেল ভিররগভা
ঈংনা পানবা ভম্বিদো।
মীভা ঈরা চেন্দুনা
থূরমজরি ননাইনা
পিগংত্রবা লৈপাকী
অরাবসি কোকপিয়ু।

ভরংথোম্বা— চীংনাংঙম্বা কায়রোই,
অকরুবা কাংগৈত্তে
শেন 'থাই অমা তাকরোই,
ফৌগী মরু অমফাও
রাৎনা তানা পীকরোই।

চীংনাংঙম্বা— মপুয় সনা পূক্রীংদো
লৈভাবিসি হৈনিংথৌ।
মৈতৈ লৈপাক পূম্বগী
মহুৎ মরেঙ শিন্দুনা
থূয়া থাদা লাউজরি—
কাংগৎ ককথৎপিত্নুনা
লায়ররবা লৌমীগী
অরাবসে কোকপিয়ু।
লান্দা কয়া রারুরে,
থূঙ্গোক্ত-মাঙ্গোভ পায়ুরে।
সনা হাক্তক অসিদা
অরাবসে লৈপাকী

অমুক্তদি কোকপিন্ন।

নোংথোম্বা— মীচাক খুংনা হুক্তুনা
ইচীজীমা চার'দি
ঐগী ইচীন্ ইখুংসে
চীঞ্জাক হুন্বা মাগীনি।
অমৈদমক পায়রগা
অত্তোপ্পদা পীথোকপা,
লমচং নাইবা মীওইগী
লমচং শাজং খক ওইরোই।

চীংনাংঙম্বা— করি লাম্লোই হঞ্জবা?

নোংথোম্বা— থাগী শেঞ্জা-থুমজানা
নিংথৌদগী মরোবা,
ঙাঙথোক শক্তোক্লকপনা
নিংথৌহুবু হুল্লগা
লৈপাকীদা মঙাঙবা,
ইত্তোন লাকপা কান্নরোই
লীচং অহু থাদোকসি।

চীংনাংঙম্বা— হা-হা-হা-হা নোংথোম্বা!
নৌরা নভীক নত্তনা
নয়াঙ থোনয়াংজবা'হুক
পঙমন্নস্থু পঙলিদা!

নোংথোম্বা— করম তৌনা অঙম্বা?

চীংনাংঙম্বা— মরৈবাকী মরাবু

শীঙ্গৌ লংলা নাইবগুম
ক্ষমত্থনা নাই ক্ষমনাইবা,
মনিংথোবু ঙমত্থনা
য়াঙেম্ থোকই ছায়ত্থনা
নিংথৌ ঙম্বা অঙম্বা
কৌরিবনি ছায়বদি
নৌরা নঙদি খঙব্রহে।
নোংথোম্বা— শেরায়বা য়াপুদা
শাক্তিন্দুনা ঙাঙলগা
লাকপা, করি ভোংজরোই।
সনা য়াথং কায়দনা
শীনবা ঙম্লে লাকপা ক্ষম
অত্থম ওইবা য়াথিনি।
শীনবা ঙমহিক্ত্রবদি
নথক্ থোংবা ভাক্তা লৈ,
অসী থঙনা চৎচহৌ।
চৌংনাংঙম্বা— করি, নৌরা নাত্রংবা।
নোংথোম্বা— মচেঙ চাবা মহাক্কী
মতীক শক্তদোবনি,
শিঙ্খা ইনগদোবনি।
অসী থঙনা থবক ভৌ।
নবুংঙোবু ছনবদি
মৈতৈ নঙগী শাজৎলা?

চীংনাংঙম্বা— অচচ্চচা নোংথোম্বা,
নচীম্বীবা নরৈদো
তুবৎ তুম্বা শোইম্বুরা ?
ঐবু ইকম লৌথোকপা
লৈপাক মীয়াম নঙনা
কনাই মতীক লৈদনা !
ঙাথা নঙগুম্বনস্তু
মীগী ঈ-কা পম্বুনা
নান্নাংজবা শাত্রাহে !
নবুংঙোগী মমাঙদা
নশা লান্না চিংলগা
নঙক অতু ককউবা !
তরংথোম্বা— তুমিন লৈয়ু তানীংদে।
থকশি থাশি নাইদনা
পঙ্ ভাঙ্ ঙাঙ্ বা য়াবরা !
মাবু মশক খঙবরা ?
ঐগী ইমোম পীতুনা
ইম্মাক ওইগদৌরিবা,
পোইরৈ মৈতৈ লৈপাকপু
ঙাক্কৌরিবা মীওয়নি
অসী খঙনা ভাঙ ঙ্কো।
চীংনাংঙম্বা— মীচঙ মীথান্ন মাইহুনা
অচান-মীবাই থান্নহুনা

ভাওবিমুদা য়োইময়েল।
নিংথৌ মস্থাক ওইদৌরি,
চাউদৌরি'নি হায়হুনা
মীবু পাক-হেক লাকথুবা
হৌনবরা ইনিংথৌ। (নোংথোম্বদা)
ভাও—হায়, নৌরা নায়াংবা,
নিংথৌ মস্থাক ওইহুনা
চাউজ লেমজনীংল'দি
থৌগল লোঞ্চং ভম্মুথো।
লোনশুজিবা নহাক্না
নিংথৌ মস্থাক ওইর'দি
লৈপাক মচা ভাবগী
মমি শাদ্মোইদরহে।
ভরংথোম্বা— চিনফেল কম্বু ভানিংদে,
য়ায়া মনাও ভাকদে।
চীংনাংওম্বা— ভাবিহৌরো য়োইময়েল
ঐহাক মৈতৈ মচানি
মৈতৈ ঈদা পোকপনি;
থল্লায় থাবা কিদবা
মৈতৈ ঐনি থওবিহৌ।
ঐনা হংগচ্ছরিবা
মুম্না রাখল ভৌবিহৌ।
ভরংথোম্বা— নওনা করি হায়রিবা?

চীংনাংঙম্বা— লৈপাকীনি নিংথৌসে,
নিংথৌগীনি লৈপাকসে।
লৈপাক নিংথৌ অনীনা
থাংজ-পুজ পাল্লগা
লৈপাক মরা ভঙ্গনি,
নিংথৌ থুবম চেৎপনি।
পানবা য়াইদো লৈপাক্তি
নিংথৌ কনা য়াওদনা।
লৈপাক ইয়াও য়াওদনা
পানবা য়াদে নিংথৌদি।
অসি থঙনা চৎপিয়ু।
( মমায় লৈথাক্ত না চৎপা হৌরকই)
নোংথোম্বা— ভাইথো!, লাকপা চৎথিয়ু।
( থাঙ শৎলি চীংনাংঙম্বা তম্না লৈশিন্নক্ত্না )
চীংনাংঙম্বা— করি। নম্না ভাংজেংবা।
তরংথোম্বা— মথা তায়ু ভানীংদে।
ছাৎকে ভূপকে ভম্নবা
তরংথোম্বা নিংথৌনি।
চৎলু, থোঙদোয় হুনখ্রোহে।
চীংনাংঙম্বা— 'লৈপাক মীয়াম পুম্বগী
মীহুৎশিন্না লেপ্লিবা
চীংনাংঙম্বা লাকপনা
অচুম্বগীদমক্তি

কনাবুস্নু কিবিদে।
হা-হা-হা-হা-হা।
পীক্লা মরুম কারবা,
মকুদেক্তা মনানা
হৈমাঙ্ শাবা শারেদা। ( নোক্ না চৎখি )
ভরংথোম্বা— ফিংগৎখিনু নোংথোম্বা।
য়াম্না লুবা রা লৈরি।
'কনবা চৈরাক পীচুনা
রারকপদা মাবু হেক
নোংথি-নোংমংলকপদা
তুবি মথি কোংবগুম
লৈপাক মথি কোংদৌরি।
রায়েল থৌদা লৈভাক্লোন
য়াম্না কুপ্নি নোংথোম্বা।
নোংথোম্বা— মপুয় সনা পুক্লৈংদো
চিংনবিনু করিস্নু।
থুমন মচা নোংথোম্বা
লৈজরিনে ইনিংথৌ।
মাবু কারে হায়রগা
থুম্না থাদা কচ্চগে।
মৈতৈ মচা থোয়চৎপা,
লঙ্খোম্লকপা পুয়মক
লোইনা মরীল ভকচগে।

( লাম্মী অমা লাকই, খুরুম্মী )

লাম্মী—মৈতৈ খুন্নন লৈপাকী
কংলা শীংকাপ তম্নিবা,
তুবি মহী হীমেংবা,
মৈতৈ নিংথৌ মপান্নী
য়াওম থাজ শকহেনবা,
মৈতৈ লৈপাক লানশিনখ্রে।

তরংখোম্বা— য়াওম থাজ শকহেনবো,
পোইরৈ লমদম য়োরক্লে ?

লাম্মী— লানশিনখরে ইনিংথৌ।

তরংখোম্বা— নরোয় লাম্মী পুন্থুনা
চৎলু লায়োইহল্লবা,
য়াওম থাজ ফারগা
ঐপী খুত্তা শিন্নরো।

নোংখোম্বা— ননাই ঐহাক লৈজরি,
চিংনবিন্নু ইনিংথৌ।
মাবু ফারে হায়রগা
খুন্নাখাদা কচ্চগে। ( চংখি )

# অনীশুবা ঊৎপা

মফম—লৌবাই লম্বী

মতম—হুংখিল লোবোপ।

[ খুন্দগী কনা থাম্না চথোরক্লে—লম্বী অসৌ অশূকপা ঊমং অমগী মম্নাদা চৎলি—ঊমংসীগী মখা থংবদা লৌবুক লম্মাং অতুগা অৱাংদনা চীংখাং অমগা শম্নতুনা লৈখ্রি—মৈতৈ নিংথৌগী মচানীপা ৱাঙম থাজ শকহেনবা খোঙলোম থম্নগা ঊমংসীদা লুমতুনা লৈম্নি—শুগ্রিক মক্রিক্লা কাংগৎ পীদবা লৌমী অনী ফাতুনা লম্বী অসিদা লাক্লি। ]

মক্রিক— চৎলু, প্রপ্ প্রপ্, চৎলুনেহে।
করিগীনো নহাক্না
নিঙাই তৌবা শাম্নিবো ?
লৌমী নঙ্বু চৎলুনেহে।

( মঙক লাক্তুনা ইহোম্নকই—১নবা লৌমী লৈমাম্নদা তুই )

১নবা লৌমী— হা নোংদম্বা ইবুংঙো ,
লাঙ্গরম্নবা লৌমীনা
ম্নারিবসে উত্রবোই।
হায় কত্রবা থূমনশা !
অস্নুক থীনা ঐথোম্নবু
লাক্নদোবগী মতুত্তা
হাত্তোক্লোবা কৈদোগে।

মক্রিক— জবেঙ্ জবেঙ্ ঙাংম্নুকো,

অভাও ওন্‌বা শোয়রোইকো।
লৈমা নিংথৌ মকাদা
য়োল্লবদি ’সীমভায়। (কৌহুনা)
হায়-হায়, মরূপ শুত্রিকপা।
শুগ্রিক— হায়য়, মরূপ মক্রিকপা।
মক্রিক— মথোঙ্‌ অহু পায়হুনা
কল্লা চিংলকউনেহে।
শুগ্রিক— লোথ্‌রাও মচা লাওনেহে।
কানীংব্রগা কাংগৎতি
কিবা শারি শিবদি।
থাঙ্‌ঙ্‌ থাঙঙ্‌ তুক থাঙঙ্‌।
হো হায়য়ো—হৈ-হা।
(শ্রো শ্রো চিংথোরকই)
মরূপ মক্রিক য়েংউনে,
শূকুম্লবা শুগ্রিক্লা
শূক্কোক্লুনা চিংলফাও
শুগৎতুনা থাঙ্‌লিনে। (লোমীদা)
শুদৎলুরা শুরুবা।
নবা লোমী— নিংথৌ মনাই অঙম্বা,
পীনিংদবা নত্তেনে,
ঙমদহুনা ভৌবনি।
’স্মুক শাথীনা করিগী
মীবু লাক্লরিবনো ?

শুগ্রিক— কৈদৌনবা ঙমজ্রিবা ?

২শুবা লৌমী— করম্নদি ঙমগনি ।

লৌ পরী অমদবু

ফৌপোৎ তরানিথোইথক

কাংগৎ লৌথৎলদবু

কনানদি ঙম্মুনি ।

শুগ্রিক— লৌমী মচা করম্না ?

২শুবা লৌমী— অতুক য়েংউ থন্দুনা

লৌমী হায়বা ঐখোয়না

নোংজু মুংশা থাক্লনা

লৈথোম লৈনাঙ্ মরক্তা

ইপুম থীৎনা নোম্নগা

পরী 'মদা চাখোক্তি

ফৌ-পোৎ কুম্ব্রামরমদং

চি হেক লাউনা খোকইদো ।

শুগ্রিক— উম-উম, হায়য়ু তুক-তাসি ।

২শুবা লৌমী— ফৌ-পোৎ কুম্ব্রা'হুদগী

কাংগৎকৌনি হায়দুনা

ফৌ পোৎ তরানিথোইগা

শল-শানগী তরানিথোইগা

লৌরীংমনগী, ফৌদাগী

পুম্নমকসী কাইথ্রগা

করি লেম্মি লৌমীগী ?

শুগ্রিক— কদৌসিগে অহুবো !
২শুবা লৌমী— ঐগী চুপী অঙাঙ্না
করি চারে হায়রগা
চহী অমা লেনগনি ।
শুগ্রিক— নরাচ্চামি নহাক্কী
ঙাইথো ; নঙ্বু কনানা
লৌউবা-মী ওইহ্নুনা
পোকউ হায়বগেনেহে ।
২শুবা লৌমী— পোক্পদগী করিস্নু
শূবা নোম্বা লৈত্রবা,
অঙম্বগী, নিংথৌগী
মচা মশূ খিবিক্লা
অহাওবভা চাহ্নুনা
কীগে ফিনান্ শেস্তুনা
হরাও তম্নাম লৈথোকপা ।
শুগ্রিক— নরায়বক্লনিনেহে ।
২শুবা লৌমী— চহী কুমজা চুপ্পা 'মা
ইপুম খীৎনা নোমলবা
লৌমী ঐগী ইচানা
চাকথুং কিথুংনদনা
চত্তৎননা মশীবা ।
'সীবু, লৈমা নিংথৌমী
কায়ক্তরবা পথাপ্পা ?

গুগ্রিক— মানি, মানি অহুনি।
লোমী শিপ্পী নখোয়দি
শেত্তা চাদবক্তনা
চরাম্ চক্তৎনহুনা
শিগে শিজো, অহুগা
অঙম অথৌ নিংথোদি
চরা হেনবা ভৌহৈদে,
চাদ ফদে অহাওবা
শেৎত ফদে অফবা।
২শুবা লোমী— অহু ওইরবদিকো
লৈমা নিংথৌ য়োক্লবা
অঙম অথৌ থাক্লবা,
ঐগী ইচা ইশূবু
চরা-হেলহল-হেলহন্না
শীগঙ্ননা হাৎনবা
ঐনা নোম্বা ভারেদো।
গুগ্রিক— ইয়া নত্তবদিনা।
২শুবা লোমী— থূমন নিংথৌ হকূমশি।
মক্রিক— ইয়া। মতোয়নরহে।
নচুবাহু ভৎকেরা হা।
লৈভাক্লোন্চৎ, থোগয়োন
কায়না ভাঙ্বা য়াত্রহে।
লোথৎলিবা কাংগৎনা

ঋৈপাক ঙাক্লরিবনি,
অস্থক ম্বাস্বা লম্বী-থোঙ
শেমগৎ-শাগৎলিবনি।
ঙক্রিক— কাংগৎ লৌথৎত্রবদি
অঙম-অথৌ লাম্মীগী
থাগী শেঙ্গা-থুমজাদি
কাদায়দগী পীরুনি।
১নবা লৌমী— কাংগৎ লৌগদবনি।
ঋৈপাক ঐথোয় থ.াইনস্থু
পীদৌবনি শোয়দনা।
অহুমদি ওইরগা
শামুয় মপোৎ লুম্লবা
থোনগৎপঙম ইরোইদা
লৌকম থোক্পদগীবু
হেন্না লৌথৎলবদি
পীবা ঙম্মি কনানা।
মক্রিক— কয়া হেন্না লৌহুনা।
নচীন পঙ্.থী থীমুকো।
১নবা লৌমী— শরুক অহুম হেন্গৎলে।
মৈতৈ ঐগী নিংথৌনা
পাল্লিতৈদা পরীদা
পোৎহুম্দমক্ লৌরম্মী।
ঋৈপাকুস্থু 'পুক থরুম্মী,

নিংথৌগীস্তু মওকই ।
কদায় নথোয় খুমনদি
লৈপাক্তীদি য়েংখিদ্রে ।
অস্তুক থীনা ওৎনৈনা
ছৌনবরা লৈঙাকপা ।
মক্রিক— নথোয় কয়া কুইররোই
লাইথেক হাপকৎলজুনা
নাবা হেজিল্লক্লেকো ।
১নমা লৌমী— শাথেঙ্ লাম্থেঙ্ নভৈদা
চহী কুমজা অনীস্তু
খুঞ্জোং মাংজোঙ্ লৈরুরে ।
হৌজিক ফাওবা য়ুম্লেপ্পা
ওম্নিবা মৈভৈনি ।
মথোয় থ্বাইগী মথক্তা
অস্তুক য়াম্না থায়গৎপা—
উনরিবা লৌফমগী,
ইংথোনগীতা নত্তনা
চীং-মাল, পাৎ-কোম্ ফাওবগী
হুবা মথৈ লৌথৎপা ।
ঐদি কাংগৎ পীররোই,
হাৎকে হাৎলু কৈদৌনি ।
মৈভৈ ওয়া নিংথৌনা
লৌমী শিন্মী ঐথোয়গী

করি তৌরি কায়বা।
শুগ্রিক— নঙ, কা য়ায়া হেল্লেকো!
ওক্লহুনা চৈ-চাবা
থাঙ্গী মহাও য়েংগেরা!
১নবা লৌমী— উম্‌, শিবা লাকপা কিদনা
কা য়ায়া হেল্লে ঐ।
চহী অনী ঈচাওনা
হাওোকখিৃবা লৌয়ামগী,
নোংজু-মুংশা লাকৃপদা
চৎপা থুদোং চাত্রিবা!
লম্বেল থোঙ্‌বু নিংথৌনা!
করি শেমগৎ শাগৎলি!
২শুবা লৌমী— ওসি ফাওবা অসিদা
লৌশীন্‌বতা নত্তনা
লৈপাকৌনি হায়হুনা!
নঙগী থুমন নিংথৌনা
করি থবক পায়থৎলি।
মক্রিক— করি শোঙ্গু, কৈদৌবা!
নথক্‌ থোংবা নিংথৌদা
মাহু য়ৌনা হায়র'দি
মঙ্গা লৌ'শুম ধৃঙ্গাদা
মংদা লৌনি থঙ্‌ল্লহে!
শুগ্রিক— মে-মে লাউনা খোংনবা

নখোয়াউদ্রু মেৎলুরা।
লান্দা খূমন লৈপাকী
পূকৈ-লনগৈ তুমশিনখ্রে,
লোইশিনখ্রে হায়রবসে
উরবনি নমীৎনা।
মাহু মেনথৎননবা
খরা হেন্না লৌবদা
করিগী 'হুক রায়াম্লি।

২শুবা লৌমী— হা-হা-হা-হা-হা।
মুংঙাইরেদা মীচাবা,
খূমন নঙ্গী মাঙ্খিবা
পূকৈ মেনথৎননবা
মৈতৈ লৌমী ঐথোয়না
চাদহুনা শিবকো।

১মবা লৌমী— ফরে ফরে লৌথৎলো,
ঙম্বা মখৈ থাম্নগৎলো।
ঐহাকুম্বা লাঈরবা
কাংগৎ কাবা ঙমদবা
লৌমী লিশিং লিশিংনা
লৌউবা হেক তোকপদা
থঙ্দোবনি পূন্নমক।

২শুবা লৌমী— মহুদদি নিংখোগী
পূকৈ লনগৈ চোন্ননি।

মপূক চোম্না খোজিবা
অঙম অখৌ পূন্নগী
মপূক পূকচাও থঙনি।
মক্রিক— অচ্চা। কন্নাদনোসে।
শুগ্রিক— কানরোইদা মক্রিকপা,
মক্রিক নঙ্না ক্রিক ক্রিক ইন্
শুগ্রিক ঐনা শ্রো-শ্রো-চিং
শোঙ্-শোনো শুকবা
শোনাইরবা অনীসে
শুদং শুদং চিংহুনা
নিংখৌ তান্না পুন্নসি।
মক্রিক— নঙ্না অছু হান্নর'দি
ঐদি ঊনবা হৌরেহে।
চৎলুনেহে শুকবা!
(কন্না মঙক লাক্তুনা ইদি, লৌমী উপথুনবা ছুই)
১নবা লৌমী— হাৎলো, ঐবু হাত্তোক্লো!
চাদবগী চৈনানা
কুবদগী হেনথরে।
অন্নাম্ খৌন্নাং কোক্লবা
ঐবু থুনা হাত্তোক্লো।
শুগ্রিক— হায়, শোঙ্ শোনোচু,
শিগংনবা শিগৈজন
মপীন্নরোই হান্নরবা?

২শুবা লৌমী— কৈদৌনবা পীগনি।
ঐহাক্তীদি লৌশীংনি।
কৌ-লোকপদি হায়রক্লু
কৌপাল-পান্দোঙ, অমকাও
হৌথিত্রবা লৌকম্নি।

১নবা লৌমী— লৌরাইমচা লৌমীনি
লাক্লরগা মরাইনা
পীজগনি হায়ত্নুনা
পীকম-লৌকম থোক্তুকাও
থীনা থীনা নৈহৎপা,
হিংচাবনি নথোয়সে।

২শুবা লৌমী— লৌকম লৌকম অত্নুগী
অক কত্ত রেংলগা
অকবনা হেন্‌গৎনা
কৎতবনা য়াথনা
লৌথৎপত্নু নত্তবা,
অক-কত্ত পূম্নমক
লৌচিং 'মদা মত্তেম্বা
হৌনবরা অসীবো ?
পীরোই, মুকপী পীরবোই
পীনিংঙাইগু লৈজদে।

শুভ্রিক— হাৎপা ভারে অহুদি।

২শুবা লৌমী— ইভোম্‌ভব্ নকনা

১—৪

ঐগী ইমুং মজুংগী
নূপী অঙাঙ্‌ পূম্নমক
লোইনা ভক্লা হাক্তোক্লো।
হৈমাঙ্‌ মকুপ, কোথুমগী
লৌশীংভবু করিগী
কাংগং কাজরুগনি।

শুগ্রিক— শুদস্তু না শুগ্রিক্লা
শোনোচুবা শুরুবা
শিবা, শোয়রবোইকো নঙ্‌।

মক্রিক— লৌমী-মচা নখোয়বু
শুদং শুদং শুম্নগা
ভাথরকপা নচুমদো
অওম অখৌ, নিংথৌনা
মপূক থম্না থরুগা
পাম্লিবনি থঙ্গু নেছে।

শুগ্রিক— অচৌবনা চাউনবা
মপূক নোয়না হিংনবা
লৌমী নঙ্‌না পোকপনি,
নঙ্‌না নোম্লিবনিনে।

২শুবা লৌমী— শুমলো, শুম্লো অছুদি
ঐগী হকচাংসাদগী
শিহ্বরকপা ঈঙাঙ্‌দো
থূমন নিংথৌ হিংচাবা

তরুংখোম্বা নিংখৌবু
মপূক থন্না পীখ্রো।"

১নবা লৌমী— লৈখোম লৈনাও, তৈরবা,
কম্ফূই ঈরা চুরবা,
কুম্থি কাজেন নাইদনা
মীকূপ 'মত্তা কাংদনা।
হকী শীন্-য়ারুবা
হমাংতনা চোংলবা
ঐগী ইশা অসীবু
মচেৎ মচেৎ শেৎলগা
চগৎ চগৎ শারহল্লো।

শুগ্রিক— অচ্চা। নওঙুম্নমক্ত,
খুনন ঐগী নিংখৌবু
অহক থীনা পাউথোকপা।
শিজরোহে শুরুক

( খোঙ পারা কাওই—লৌমী তুই—লৈয়োন চেন্নকই )

লৈয়োন— করিগীনো ইপাখোয়,
মীবু শাম্থু নত্তনা
অহক তাথী তাওন্না
থীনা লারুরিববো ?
থাদোকৃউবা কৈদৌগে।

শুগ্রিক— কাংগৎ কাজ্রে নিংখৌগী
অহুগীনি চীহাবী।

লৈরোন— লৈজ-পোৎপু কমদৌনি
কদায়দগী শীরুনি ;
শেনবু চেগাই মচেৎলা ?
লৈখোম লৈনাঙ্ পেরুগা
কৌবু শাবা য়াবরা ?
মক্রিক— ইয়া, মজোয়নরহে।
নঙ্গী নখৌ লৈবরা ?
লৈরোন— কায়রোইনে ইপাখোয়,
থাদোকউনে মখোয়বু।
লারুমগা করিন্নু
মখোয়দগী কংলোইনে।
ভগ্রিক— নঙ্না করি থঙ্হনা ?
জবেঙ্ জবেঙ্ ওাঙ্মুকো।
লৈরোন— কাগৎপগী মহুৎতা
থাদোতুনা মখোয়বু
নোমজ-চক্ক-শূহন্নু।
লৈজদবা মীওইদা
শমুক, কৌদি শীহুনা
মপূম থীৎনা থোইহন্নু।
ওয়াকপদা মখোয়না
শীদববু য়াপন্না।
মক্রিক— মচীন পঙ্থী থীন্নুকো
নন্না অহু কেমজনি ;

লৈয়োন— অহু নক্লে নথোয়দি
মীগী লৈত-পাইরদি
কবিয়ত্তা য়েংখিক্লে।
নশাগীদা য়েংছুনা
পোৗমী, শিপ্পী, থৌমীবু
নোইহৎতুনা শুয়্যপা
নচাক নয়ন্ পৈথৎলে।
'গীবু কবি করথা
লৈপাক মচা তায়বা
চাওখৎলবা লৈপাকী
নিংথৌরেনগী লৈতাক্লো।
মক্রিক— অচ্ছা! চরোঙ্গী চাম্বীবী।
নচীন অহু শিংজিংনা
শিংলুরহে শুং-মায়া।
লৈয়োন— হুকুমল্লেকো নথোয়গী
মীচৈ-মীদু-মীয়াকসে,
অতাক্লরে শাদংশা!
ভক্রিক— অচ্ছা। শোঙ্কি শোয়াবী,
থোয়দৌ শীকপী শোরেম্,
শিজনবা শিনব্রহে।
লৈয়োন— উম! শীংলিবনি শিনবা!
মীহুংশিবু থত্তবা,
মীগী থম্মোয় পাজবা,

শাথীরবা মীয়াংপা
তরুংথোক্না নিংথৌগী
শাগী য়ায়েল থাঙ্ হুনা
চাবা থকপা ফংদনা
হিংদৌ শরকপুদিনে
শিজরখে হাংলরো।
১নবা লৌমী— মুপীমচা নঙ্ চৎলো
অরেম্বদা শিরনি
নঙ্না ওাঙ্লিবশিংসে
মীহাৎপনি (নে) মীয়াৎপা।
গুগ্রিক— (মক্রিক্কা) মসি'মন্থু লোইশিল্লো
লোইশিন্নগ 'সীমন্থু।
হায়! পীক্লা নরুম কারবী,
নৌনা চন্থু হমনবী
লৈরম্মুহে থঙগনি।
(থাঙ্ শত্ না গুগ্রিক্লা লৈয়োম্দা মক্রিক্লা ১নবা লৌমীদা চেনশিন্দুনা য়াম্বরকই— থাজসনা থোঙ্লোয়শিংগা চেম্বোরকই— থাজনা গুগ্রিকী অতৈনা মক্রিকী য়াম্বরক্লিবা থাঙবু থাঙ্না গুকই— অনীগী থাঙ্ মৈথরে— মথজাইদা থুবাক্লা কন্না কন্না থারগা মঙক লাক্না ইদ্রি— গুগ্রিক মক্রিক পেহো পেহো চেনখি— লৌমী অনীগী পুন্নিবা লৌথোক্না মরাম্না পুন্থুনা চৎখি— )
থাজ— মৈক্তৈচম্থু শেংলবী
মুপীমচা নঙ্ চৎলো।
( হায়রুনা লৈয়োনবু চৎহনখি— থাজ মরামগী মতুং ইমখি )

অহুমশুবা উৎপা

# খূমন লৈপাক

মফম — হৈকোল লৈকোল

মতম — নুমিদাংবাইরম।

খূমন কোন্নুংদগীদি খরদং থাপ্পা লৈবা হৈপাল লৈপাম্না কুঙ্না হৌরবা মফম্নি। মফম অাস ওখাক্লা শূকই — অহুম ওইনমক লেম্রোনশিংগী হৈরাঙ্, ইচানফম, লৈরাং লৈ-থিনফম্নি — উপাল অমগী মফমদা মৈতৈ-নিংথৌগী মচা নীপা বাঙম থাজ শকহেনবা নুমতুনা খূমন নিংথৌগী মমা তিন্নদবা মনাও কম্বোঙ্ববু ঙাইহুনা লৈরি — ঙাইহাক লৈরগা কম্বোঙ্বা নীপা অমগা তকিং তফিংনা চেল্লকই — তথকপা মীৎয়েংনা কোইন্নং য়েংলগা শোত্তপা ফিংনা কৌরকই)

কম্বোঙ্বা — পাখৌ, পাখৌ ইবুংঙো। (থাজ চেংঙোরকই)

থাজ — তাকং তফিংনববু
পাখৌ, কৈদৌরবগে ?

কম্বোঙ্বা — পাখৌ নঙবু কানবা
মৈতৈ ওম্বা নিংথৌনা
থারক্লিবা লান্মীনা
থোইরেল মশা পাইগুম্নে।
লিংফম লৈরোইদোরেনে।

থাজ — খঙিঙ ঐস্নু অথৌবা।
ঐবু ফানি হায়তুনা
লাল্লোইহনবা নোংথোম্বা

লাম্মী কাংবু অমগা
তান্নরক্নি ঐহাকপু। ( নীপাহনা য়েংলগা )
চৎলো নহাক অথোবা,
ঐহাক্না হেক লাকপদা
হোন্দোকখিবা য়ানবা
লম্মেন লোক্তাক খোঙ্‌বান্দা
হিগী থোরাং তোক্লরো।
নীপা— য়াম্না ফনি চচ্চরে! ( চৎখি )
কম্বোঙ্‌বা— ফাখ্রবদি পাথোবু
হোৎনজবা পুন্নমক
থাঙভু থক্তা কেন্নেদো।
নবাই অমা থাজবা
থারকপস্তু ময়াইকো;
থাজ— চিশিল্লকপা তাঙ্গানা
ওকশিন—তানশিল্লকপনা
লাক্লবনি ইশামক।
নয়াখুংনা মৈতৈবু
লাক্লরিবা অসিনি
করি হায়নি অথোবা
কাংগৎ কাদে হায়রুনা
অথাঙ্গ ওয়া নোংমগী
তোয়না হাচিল্লকপনা
লোমী লৈশিল্লক্তরে।

কম্বোঙ্বা— লোইনা থঙিঙ ঐহাকম্ত্র।
অন্না লৈপাক চাক্তাঙ্লে,
তোংদোয় নিংথৌ মহাক্না
হায়জরক্পা তুংইন্না
য়াম্বুং মৈতৈ ওয়না
ফৌপোং লিশিং চম্ঙাথক্
তাইথোক্তোরি অয়াদা।
মচুইদমক নৈবনি।
থাজ — তাঙ্ঙম পাম্বা অসীদা
থজিক্তস্ত্র নত্তনা
ফৌপোং লিশিং চাম্ঙাথক্।
কম্বোঙ্বা— উম্! ফৌপোং লিশিং চাম্ঙাথক্
নিংথি তুরেন তোর্ব্বান্দা
শেনগা খুচ্ছিন্নদোরি।
থবক অসি পাঙ্নবা
মৈতৈশিংবু নৈবগুম
নৈরি খুমনশিংবুস্ত্র।
থাজ— মশাগীদা ময়েংবা
অসীগুম্বা মহাকপু
শানি হায়বা নত্তনা
মীনি করম হায়সিগে!
তাঙ্ঙম পাম্বা অসিদা
চীঙ্গাক থাদোকপসীদি

মপাচাগী ঈহিংবু
থক্‌চুম্পনা চুম্পগা
মঈ মাগী থব্রায়বু
থাবা নত্রা মীথুত্তা।

কম্বোঙ্‌বা— মানি, তাণ্ডম্‌ পাম্বাদা
চীঙ্গাক য়োম্বোকপসিদি
মীগী থব্রায় য়োনবনি।

থাজ— হায়দোকপিরো অথৌবা,
অপাম্বা'মা তাকপিরো
পম্ব-নিণ্ডাই ওইরক্কে।

কম্বোঙ্‌বা— লম্মন থুম্বা পামই ঐ।
ইচীন-ইনাও অনীবু
পুন্না কৌশিন্‌বিরগা
নোঙ্গারমদাই মতমদা
তাকপিরম্মী ইপানা
থুমন লৈকোয় পুংসীবু
তংথাই তানা থায়রগা
নচীন ননাও পান্‌মিম্নৌ।

থাজ— লোইনা থণ্ডৈজ অথৌবা

কম্বোঙ্‌বা— লাইওয়থ্রবা ইপাগী
কক্‌ছৈদ্রবা ময়াথং
নাচুংবিদে যাম্বুংনা।
লোমবী'চা ওইবনা

ঐহাকসীবু য়াম্বুংনা
কল্লক-মীহৌনবনি।
মৈতৈ খুমন অনীগী
তূনা নিংথৌ ওইরকাও
লৈপাক মচেৎ অমত্তা
পীদবনি ঐভোন্দা।
থাজ—পাথৌগীনা অত্থনি।
ঐহাক্তীদি অথৌবা
ঐবু পোকপা ইপাগী
লুরেল তোঙ্দম শোইতুনা
ঐগী খুবম মুনখিবা
মৈতৈ ওম্বা নিংথৌনি।
মাবু হাৎপা ঐহাক্তী
শোয়কত্রবা রাশক্তি।
অসীগীসু মথক্তা
ঐগী ইঙ্গ মৈতৈনা
চাবা কংদবদনা
মপূক ইহাপ-হাপ্তুনা
মচা মচা খুদিংদা
তোপ-তোপ তূনা শিরিবা
অসি খিবিক অসীগী
লম্মল, ঐনা করম্মা
খুমদনিঙভাই লৈবগে।

কম্বোঙ্‌বা— য়াবিরমু অথৌবা,
মানা মীবু নৈবনা
নঙ্‌গী ঐগী মীয়াম্রে
য়াইক ওইরে ঐথোয়গী।
মৈতৈ খুমন পুম্নমক
ঐথোয়'নীগী মীচঙ্‌দা
লেপ্পদোবা ওাক্তনি।
থাজ— অমুক থীম্বরমুসি
মুমিং অমা লেপ্লিরো।
ঐগী শেমগৎ শাগৎপা
লোইনা লোইবে অথৌবা।
থোঙ্‌মী লাম্মী পুম্নমক
ফৌরুংবা-চীং মথক্তা
নৈরবনি থেন্দুনা।
কম্বোঙ্‌বা— থৌরাং লোইরে ঐগীস্থ।
নহান নোংমা পাথৌগা
উনথিবত্থদগী
ওসি ফাওবা মীথোম্লি।
য়াম্না লুবা অমদি—
থাজ— নীংঙাইদনা তাকপিয়ু।
কম্বোঙ্‌বা— য়াফম অসি তাবদা
অরা তোংদোয় নিংথৌনা
লান্দারক্পা শোইয়রোই।

থাত্রঙ্ তেঙ্গোল অচৌবা
পাথৌ, পাবা ঙমগত্রা ?
থাজ— কৈস্থ চিংনবিগন্থ।
থেংনগনি অন্নাস্থ,
য়ান্নগনি ভেথাওস্থ
থিন্নগনি তথেনস্থ।
পোইরৈ সনা লৈপাক্লা
পূন্না চোংথোক্লবদা
লাম্বাদোবা কনানো।
কম্বোঙ্বা— করে পাথৌ অছূদি
ঙসিদগী তরানি
শুবা মুমিৎ অসিদা
লাঙংলসি শোয়দনা।
ঐগী থোঙ্মী লাম্বীনা
অহানবগী থোঙ্হৌদা
অন্না তান্না থারীবা
ফৌগী ছিন্নাম পূন্নমক
শেক্লাইজিন্দা ফাগনি।
মাছুম মতুং তাবদা
শারাও লাল্লাও লাওছলা
থুমন কোমুং তম্শিন্নগ।
মতম'ছুদা পাথৌনা—
থাজ— মতম'ছুদা ঐহাক্লা

থাঁজ-থাবা

নোংচুপ'চীংশাং লোমদগী
ভম্‌দা ভম্‌থরক্কুনা
কোম্মুং ভম্মা ভমশিনগে।
কোয়ৌ নোংজা অহুগী
মুমিৎ মম্মুম চঙ্‌ত্রিবৈ
ভরংখোম্বা নিংথৌবু
তাইবংদগী তাম্মোক্‌কে।

কম্বোঙ্‌বা— ফরে, শোয়নদনবা। ( অনী থাঙ শঙ্‌না )

কম্বোঙ্‌বা } থাজ } থাঙলেন'সীনা থঙ্‌সম্মু। ( থাঙ্‌ চিক্লে )

কম্বোঙ্‌বা— লেঙ্‌বিরসি অথৌবা।

থাজ—য়াম্না ফনি পাথৌবু।

( অনী মখোঙ্‌ থাংবা হৌনয়ক্লে ইফিং ফিংনা )

কম্বোঙ্‌বা— মাঙ্‌লে পাথৌ, করম্নো ?
মায়কৈ শীম্না লাম্মীনা
পূম্নোম নোমখ্রে য়েংবিম্মু।

থাজ— হেন্‌ফজ্রবা ওইবনা
মাম্নোক-লান্‌বা পাবা তাই।
ভম্না খোঙ্‌দোয় হুনবিখ্রো,
ইরাম্নংগীদমক্তা
পাথৌ মৈচেম্নরনি।

কম্বোঙ্‌বা— নত্তে নত্তে অথৌবা,

খাঙ্‌থক্তা কেম্লনি।
মকম'সিদা লোৎপক্ত।
মজা 'বেম্মা থবাগী
হৈরাঙ্‌ লৈরাং হেককম্মি,
মীরান্‌ কনা চঙ্‌লক্লোই।
থাজ— য়ায়া করে অথোবা।

(অনীমক মাইকৈ অমমমদা চৎনখি—ওাইহাক লৈরগা থুমন থবা শকহেশবী ইশৈ শক্লা শক্লা লৈ শবেং লেংল লেংলহ্নবা লাকই—ইশৈ অংখাই চল্লবদা নোংখোম্বা লোয়া চঙ ওক্ত্না লুমহ্নবা লৈ। )

ইশৈ

নহাক্কী মাল্লখোঙ্‌দো থাজবু ওমজবা
য়েংজনিঙিঙ পাম্মুবা ॥

১

লুরবা মীৎস্নাদো থরাম্নগী তুংনক্কম
খোই-খোইবা পিশূমদো হকচাংগী মল্লকম
য়েংদবস্নু থোক্তে
য়েংবীবস্নু নত্তে
মুজা ঐভোল্দদি মোংক্কমগী মশক্লি।

২

ওাঙলবা নচীম্বাল তয়ানবু ওমজবা
নিংথিবা নশবান্‌ শানৌবু ওক্সৎপা

পূক্লিংবু ডাওহনবা

থম্মোইবু কংহনবা

কণ্ডাওন-মীওৎপা মীহুংশি থঙ্‌মন্দে।

(ইশৈ শকপা লোইরবদা নোংখোম্বনা থবাগী মতুংদা লেগু্‌না হায়রকই)

নোংখোম্বা— নীংথিবা লৈকোম্মা চঙ্‌হুনা

ফজবা লৈরাংবু হেক্লপা

নীংথিনা লেংলবা পরেংদো

কনাদা হুকপিগে থৌরাংলি ?

থবা— কনাদম্মু হুকচরোই

লৈতে শিবিনবস্মু।

অরেম্বা লৈ-পরেংনি

লেম্না লৈবী ঐহাক্লি।

নোংখোম্বা— করিগীবু লেমলুনি,

লেম্নজগে হুকপিরো,

লেম্নজগে মীমাঙ্‌দা

মুংশিবগী লারবা

লেঙ্‌দ-খুদোন ওইহনা।

লৈরাং পরেং অহনা

নুংশি থৌরি ওইহনা

পুঞ্জিনবিরো ঐহাকী

পুন্সি'সীমা চেজেৎনা

পায়কমগী পান্দমকম

অপাম্বমগী কমপাক্তা।

থবা— মতীকচাবী লৈরাং নত্তে
লেংবা চাবী নচন থোক্তে।
য়েংবিহৌরু লৈরাং অমা
লেন্নবা লৈপাক-মাগুদা।
লেংথোকপিগ্রো মতম চাত্রে
ঐথোয়'নীমক অভাভ্ নত্রে
ভিন্ন-তোংনা শান্নবগী
মতম অদু হৌজিক নত্রে।

নোংথোম্বা— করি য়ানো নীংথিরবী,
ওম্বোকপবু ভাকপিরেদা।
হুন্দোকখিগ্রা লাঙ্গৈরবনা
মথুং চেংনা পায়জরবা
তাগুনা ফংবা তম্ফা য়াইবু।
ফংলিভৈদা মতমচাবা
কোংদোকচগে পূক্নীংগী য়া।

থবা— পামদে চীক্লা য়ারী শাবা
তাজনিংদে চোইরোল পারোল।
ইকাইথীবী মুপীমচানি
হায়জ্রবস্নু হনবিথরো।

নোংথোম্বা— মুংগল্লবী, মুংনাংথিমু।
মুংচাক্লবা পাথণ্ড্ ঐনা
শিরবম্ন নগুংলাংগী

তারোইদরা মুংশিবগী
নপি লিক্লা অমা কাওবা ?
ওইহনস্থ তাইবং মপোক
ফংঙমত্রবা থোইমুম্মক্লা
অরেম্বনি ঐঙোন্দদি
নুরা নঙ্‌বু ফংত্রবদি।
থাবা— কৈরোই লৈকাই অমতগী
নচন মক্লি থনবিহনা
চুমা মুংশিবিরবদি
পি-তাবদা হায়ক্লগমু
কথোকনি থত্রায় কাওবা।
লাম্লোইহনবা কায়নরোই,
অহুগুম্বা মমুংশিদি
নশা লাইমন চম্নবনি
নমঙ্‌ কাওবা মঙ্‌লুগমু।
নোংথোম্বা— থম্বহনা য়েংউ থবা,
চীক্লা ইমুং ভাল্লিবী-ও,
লৈমা ফিনা নাউয়োম্লগা
নিংথৌ ফিনা মাউকোল্লবী,
নঙ্‌গী মুংশি মৈচাকমক্লা
ঐনা শিবা থোক্লবদি
মীহাৎপগী শাথিরবা
মরাল নঙনা পুদৌবদি।

থবা— করি থৌগী পুজক্নি
মাইদা, তাবা গুরজস্রেদা।
নোংথোম্বা— ইকাই ইকি থাদোক্নুনা
তুরবস্নু নঙ্গী মাঙ্দা
কোকহল্লোইস্রা মুংশি মৈচাক
মতম চাবা মকম 'সীদা।
য়া-তেম্বে অহল-লমন
তেম্বসি ঐথোয় 'নীস্ন।
মুখংনবা ঐগী মৈচাক
"লৈপরেংদো মুকপিররো অস্নুম!"
থবা— নমায়বৈ মায়োক লান্দা
থারবদি নথস্নায়স্থ
কপ্লোবনি পুন্সি চুপ্পা
শোন্দোবনি নঙ্গী কোলোয়।
করিস্নুস্নু লৈস্তরবী
মুপীচাগীদমক নঙ্না
থারবদি নথস্নায়স্থ
কল্লিবদি ছায়রুরন্ন
খেংনর'দি নশা অস্থ
কাওহুম কাওনি থোঙ্পাকসীনা।
নোংথোম্বা— করি থাবা, অস্থুক নানা
নোংথোম্বা চৈহৎলিস্রা।
থঙ্গ্রমায়ে নহাক ঐগী

ইভীক থৌনা, ভৌবা ওম্বা ।
ইপাম্বোমগী পাঙ্গন্তনা
ওইরিবনি লাম্লোইহনবা ।
অকন অথৌ লিশীং লিশীং
কুম্লিবনি মাঙ্দা ক্রুক্-ক্রুক ।
মকম মতম 'সীমক্তগী
নশা-শাগল লাকশীন্দুনা
শ্রো শ্রো চিংনা পুরবদা
কল্লদৌবা কনা লৈরি
নোংথোম্বগী ইথুত্তগী ?

থবা— কনাগীস্থ মতিক লৈতে
থুমন তম্ফা থবা ঐবু
ইথুং পায়না চিংলদৌবা ।
নিংথৌরেনগী মমোম ঐনি,
থুম্নালোইগী নাইনি নঙ্না
অসি থঙ্দ শাবরহে ?

নোংথোম্বা— অহুগুম্বা নিংথৌরেম্না
ইপাম্বোমগী পাঙ্গল-তাংনা
পোইরৈ মৈতৈ ওম্বদগী
মমোম থবা শকহেনবীবু
নোংথোম্বদা কংশ্রবনি ।
হুমিৎ অহুদগী ছৌনা
ঐনা উরোং থিম্লবীনি

অসী খঙ্ না চচ্চৌ-ঙাঙজৌ।
নশাহুম্ম নথল্লাম্ম
ঐগী ওইনা লৈরবনি,
ফুগে চৈগে ইনিংনিনে।

থবা— নচীশ্বীম্ন চোপ্ চগনি।
নঙ্গী কংথোয় ম্বাঙাঙ্ হুদা
নাচুংবীবা থবা নত্তে।
তম্ম-লাইনা চুক্লংলবা
নশক্ য়েংনিংদবমক্লা
মৈতৈ কোম্মুং থাদোক্লুনা
থুমন পূংদা লৈরিবনি।
চৎখ্রো চৎলো, মীচোপ্পা নঙ্
করি থৌগী 'সীদা লাক্লি?

নোংথোম্বা— মপুরোইবা শকথঙ্দবী
কংথোয় থোয়বী থবা নঙ্বু
থংলেন থাবু থাদা থানা
চৈথা পোংথা পীজহুনা
থানদনা থম্মনবা
ফাগে, চিংগে লাক্লিবনি।

থবা— অচ্চা! করি মীপাউ থোকপা,
ইথুয়াগী নাইনাও নঙ্না
নবেম্মদা অহু য়ৌবা।
নমায়হুনা থামন্‌বনা

থীনা চৈবা মীচৈখোনগী
মৈশা কাওবা লাংজরহে !
শউন তোপ্পা মমাগ্নদা
ভিন্নাং ভিনশীংনরবদি
চোপ্রিডৈদা অমুক হেন্না
চোপ্পা নংনি থঙ্জরহে ।
নোংখোম্বা— করি থাবা, করি হায়বা !
পাঙ্গল শোরবী মুপীচানা
পাঙ্গলবা নীপাচাদা
অহুক থীনা চৈরবকো !
য়েংউ ঐগী থাঙ্লেন্সীনা (থাঙ্ শংদি )
নশা অহু শিংকুপ শান্না
কুপ্পা কুপ্পা শোইদনগা
লঙ্জা কাক্তা পীজখোকে ।
লৈরম্মুহে চীম্বীবী-নঙ্। ( হোচ্ছিনকই )
থবা— থুমন মচা কনা লৈ লাউ,
মীচোপ্পগে কাজিন্নগা
লোক্তাক ভামি থেম্বো-লাও ।
নোংখোম্বা— নোংখোম্বগী ইথুংতগী
চীম্বীবীবু কন্বিনবা
কনা লৈয়োই থঙ্জোরেহে ।
( চেনশিন্নুবা থবাগী মশম পায়খ্রে )
হায়য়ু ভামি লিন্দাউরবী,

নোংথোম্বী ইরানম্নাইদা
নথোও, থোংবা চৎকেরহে ?

থবা— খুমন লৈকোয় পুংসিদবু
নীপা কনা লৈত্রবদা ?
মুজা ঐবু কনবিয়ো-জাও।

নোংথোম্বা— নোংথোম্বগী ইথুওগী
কনবিনবা কনা লৈরোই।
নপাবুগী সনামাংদা
নরু অত্ জকে থওনি।
চৎলুনেহে মুংগল্লবী। (চিংঙি)

থবা— থাদোকউনে য়াইতল্লবা। (কহৈ)

নোংথোম্বা— অচ্চা ! ঐগী য়াথং, ওাক্তে।
থাওলেন অসী উবরহে।

( থাও, হাইগও্না য়োয়ো চিংঙি— রাঙম থাক— নোংথোম্বগী তুং লোমদা চেনশিল্লক্না থাঙ পায়রিবা মথুৎ কাহ্রে—কয়া মুরুহনা নোংথোম্বগী থাও মুল্লগা ইহোকপ্রে— থবা লৈমায়মক্তা তুথপ্রে—থাজবু উবদা হুংবংপ্রে )

নোংথোম্বা— কনানো নও, কনাজোহে ! (মুয়া য়েংলগা)
হা-হা-হা-হা-হা !
জৈতে মতা খুংগোম্ব ওইরে।

( চৎথি— থবাবু হন্না য়েংলমদনা থাক লৈথোক্না চৎপা হোয়রে )

থবা— মীয়ুংশিবু খজবা-ও,

ভাইখোঙবা পাখঙ্ নঙ্বো।

(চৎপা লেপ্তুনা থাজ মতুং ওয়োক্না লৈ)

নুরা ঐগী ইথরায়দি

মুন্‌বিহুনা মৎপিরগা

থরায় পুবা হকচাংবুদি

হন্দোকপিরম্লগেরনে ?

থাদোক্লম্লবদি নঙ্গী

কয়া চাওবা নরাম্লোদো।

(থাজ য়েংলমদনা মখোঙ্ থাংবা হৌরকই)

ভাইবিখোনে মুংগম্লবা !

(চেনশিন্দুনা মখোঙ্দা তুপ্রে)

ঐগী থরায় নঙ্না লোক্লে,

হকচাংসীস্থ লৌশিনবিরো

কখোকচরে খুয়া থাদা।

থাজ— মন্তে নন্তে—খুমন তঙ্কা,

নুরায় রাখন থেনবিখিল্লু।

রাঙম থাজ ঐদি নঙ্গী

নপাবুংগী য়েক্লবনি।

থবা— পাখঙ্ নঙ্বু রাঙম থাজ !

ওঃ—ওঃ— !  (থাজ নৈথোক্না চৎপা হোৌই)

থবা— ভপ্থখোনে থম্মোয় কনবা,

থাজদবু থাজরবা

থবাগীদি থরায় হকচাং

থাম্না খাদোকপিরসনু ।
থাজ থবা চীপরুম্না
থোকমিন-ওানমিরসিগবা
পাম্নকমগী নোংদোল থক্তা ।
থাজ— থাদোই ভম্ফা শকহেন্‌বী-ও
থাদোকপিদো থাজ ঐবু ।
মুংশি লম্মম ভোজহনা
পুন্সিসীমা লোমজম্নগে ।
থবা— নত্তে নত্তে মতু য়ারোই ।
থাজ— ঐগী অরোইবগী মতম ঐগী
ওসি হয়েং থওজবনি ।
য়েংউ ঐবু কাদৌবগী
নপাবুংগী লাম্মীশিংনা
কোয়না লাক্লোই চনশিল্লক্লে ।
থবা— কোয়না লাঙ্গোই চনশিল্লক্লে ।

( ওকচানবা য়েংহন্না চৈ )

থাজ— নূরা নঙ্গী থম্মোয় চৈরাং
থাওথক্তা কেম্মোননি ।
নপাবুংগী য়েরবা ঐ
নূরা নঙ্গী য়েরবনি ।
থবা-- ঐগী ইমীৎ ইপারু নত্তে,
ঐগী থম্মোয় ইশান্নীনি ।
পুন্সিচুপ্পা নীংবা কায়না

[illegible] [illegible]
নোংখোম্বী [illegible]
মায়য়েক্ত্ রানা [illegible]শারি।
কাউরব্রহে খীচো মঙ্‌লো,
মৈতৈ মৈপাক নাম্বাম্বদা
ইপাখোমশী পাজন্তনা
মৈতৈশিংবু নৈহত্তুনা
ভরংখোম্বা নিংথৌফেনবু
পোইরৈ কম্বাল ভোংহনখিবা
নোংখোম্বছু ঐনিনেহে।

থাজ— অহুগুম্বা লানফমহুদা
য়াওম থাজ শকহেনবগী
থাঙ্‌য়ান থাঙ্‌থা থাঙ্‌জমদনা
নমায় ওন্না চেনখিরবো
নহাক নত্রে হায়রবেরা ?
হা-হা-হা-হা-হা!

নোংখোম্বা— অচ্চা! থাজ মতোয়নরা ?

থাজ— চায়থোকচহৌ, হাজমুক্কো
ইরৈবাক্কী ইনিংথৌগী
লম্মন খুদৈ মৈরীরক্না
মৈরাল ওইনা কেমজবিরকো।
থাঙ্‌গী লান্দা য়ায়িরা
তাগী লান্দা থিয়সিরা

শয়ঙ্ পাম্বোম ঙা-নসিৱা
অপাম্বতা থজো ইবো।
মোংখোম্বা— নচীন থীবৈ মতীক চানা
নঙ্গী চৈৱাক কংলপনি।
ঙসি মঙ্গী স্নমিং শুরে
মীৱম্নেন্দা মীচেন নন্দী
লোংকম লৈফম লৈজ্রবনি।
( ঈহন পী—লাম্মী ময়াম্না তাগা তাগা চয়োম শানা থাজবু কোইশিল্লি তুংদা লাম্মী অমনা ভাদোম্না মনহ্দা নম্মী )
মোংখোম্বা— কমদোইহে মৈতৈ মীচেল ?
থাজ— হা-হা-হা-হা-হা! মোংখোম্বা।
অসীৱহে থূংমন নঙ্গী
নীপাচাগী লৗচং শাজং।
নীপা থোক্না চোংথোক্লনা
লাম্বা পানৱম্নবদি
লানগী ভাইয়ুন্ফমদা নঙ্গী
নঙক কেন্নি থঙ্জবোইদো।
মোংখোম্বা— নচীন অহু থীবৈ মতীক
মৗশি কনা শিজদোৱি।
মথোঙ্ মথুং পুন্ন মাবু
হুইগং থাংঙ্ মঙক্লদা
মৈতৈ কোম্মং ভাম্না চিংঙ্।
( পূৱমক তৌই— চিংক্ৰনা পুথি— মোংখোম্বা ফাক ফাক লোক্ল্না )

---

## ৪শুবা ভুংপা

## মৈতৈ-থুম্নক

# লৌবায়

মকম—লাঙ্গৈরা থাংগোকপাও.

মতম—অয়ুক্কী চাকচমাও

[ অহল ওইরবা চাউনু মাংগোন্দা কমচুনা থুম্নক শারি—ওইহাক লৈরগা ইমুংদা মমায় ওনশিন্নগা নৌরিবী মচা নুপীবু কৌরকই ]

চাউনু— লৈয়োন, ইপায় ইবেম্মা।

ইমোম নওবু তাব্রহে ! ( থুম্নকে )

ওথোক্লস্নু খীদকো

লৌমী ঐগী লাইবকসে।

অনী কাওবা শুত্রবী

ইমোম মদোম কুইবীবু

মপূক থম্না পীজবা

ঐনা ওমত্রবনিকো। ( কৌরকই )

ইপায় ইমোম লাঙ্গৈরবী,

ওরাংদগী নহাকপু

চরা ছেল্লকপচুনা

চরাম চওংনচুনা

তুম্লিবরা ইবেম্মা।

লৈয়োন, ইপায় চরৈহল।

( কৌছুনা ইমুং লোমদা চওশিল্লকই—কোয়োংলোমদগী ময়োম অমা পায়ছুনা লৈয়োন লাকই )

লৈয়োন— পাবা, সোমদা লাক্লে ঐ।
চাউম্বু — কৈদা চৎলুই ? ইপাদি
শোরি পাগি—থল্লুরে।
লৈয়োন— খোংবান্দা পাজ ভান্নুবা।
চাউম্বু— খোংবান্দা পাজ ভান্নুবা ?
লৈয়োন— হোয় পাবা ভান্নুরি।
ওয়াংদগী পাথদি
চাকম্বু-কৈম্বু চারক্লে।
অহল্লগা ওইথমে
চরা-নগা হোৎদি
শিরপত্রা থন্দুনা
লপান্ ভান্নুরিথদি।
চাউম্বু— মাদি, পান্দো ইকেম্মা,
লাঈররকা নপাদা
পারনবা চীঙাক্নি।
পান্-দা চানা পাজরক
হিংজরক্লবানিদে।
করম তৌনি ইকেম্মা,
মীরয়েনগী ফাউনবা
চীন্দমবা চীঙাক্নি
নোংদমদি তয়ক্লে।
নরায়বক্রা থীবনা
লাঈররবা নপাদা

চঙ্‌লক্লনা পোকপনা
লাইবকথীবী নহাকস্থ
অয়া' মৈচেয়রেদো। (কপ্পী)

লৈয়োন— পাবা, কপ্‌কম্নুগবা।
নঙ্‌না কপ্পা উরগা
ঐহাক খাঙ্‌বা ঙমদেনে।

চাউম্ব— ঙসিদিনে থুম্মুকসে
শাবা লোইবা ঙম্নরোই।
হয়েং লোইনি শোয়দনা।
মাসী য়োল্লে হায়রগা
ইপা ইচা পুকথয়া
হয়েং হাউনা চারসি।
ঙসি 'সীদি নহাক্না
তাল্লুরিবা পান্দুনা
চরা নোংলেম্নরসি।
কদায়, পান্দো তুক য়েংগে।

লৈয়োন— (চিংননা) য়েংত্রবস্থ ফরেদা
হেক্তা ফুস্তোক্লুরগে।

চাউম্ব— অচ'-পাল্লা য়েংগেনে।

(লৌচুনা হাংদোক্লুনা য়েংঙি শাউনা হায়রকই)
লৈয়োন, মতোয়নরহে!
কদায়দগী চেঙ্‌নোনেহে!

হুরকপরা, নিরকপ্রো ?
শেংনা ভাকথোকউনেহে।

*লৈয়োন—* ( *কিনা* ) পাবা। ( কণ্ঠ্না লৈ )

চাউম্বু— লাঙ্গৈর-লৈভবজনা
থবং ভংনা নং'লম্মু
হুবা নিবা 'সিদদি
ভৌনম্মসি হায়রগা।
কদায়দগী কমদৌনা
পুরক্লিবা চেঙ্নোনে ?

লৈয়োন—হুরুবম্মু নচ্চদে,
নিরুবম্মু নচ্চদে।

চাউম্বু— করম ভৌনা অহুদে ?

লৈয়োন— খূনেক-মম্নি অপোকপা।

চাউম্বু—মীগী খূনেক চৎলুবা।
লাঙ্গৈররবা, শোল্লবা
নপা ঐবু থারুবা
নোঙরিবী নহাক্লা
মীগী খূনেক চৎলবা,
করম ভৌনা ইবেন্মা ?

লৈয়োন— ঐনা লম্বান ভাম্লিভৈ
ইন্দোল লাকই থোদামগী।
কৌ চরা 'মা শুরো লাও
চেঙ্ থরদং পীগে হায়।

ইপাই-চাপী অরাঙ্বা
কোক্লবগীদমক্তো
পৌঠ্ঠু গুজক্করগা
পুজরকপা চেঙ্‌নিনে।
চাউন্থু— ইপায় ইমোম চরৈহল,
নৌব্রা ওইবী নহাক্লা
লাইবক থীবা নপাবু
অহু য়েনা নাংবরা ?
লৈয়োন— ঐনা লাম্লিবসিদি
হায়রক্তুনা কাম্লদে।
হায়দোক্লগা পাবনা
রাখ্রগনি থন্দুনা
গুক-হায় হায়ত্রবনিনে।
কোগু-শৃক্তো থাংগৎপা
গুমশিল্লক্তুনবে
শৃক অতুগা লোয়ননা
উপ্‌থূননা তুক্লরে।
চাউন্থু— ইমোম, ইপায় লাঙ্গৈরবী।
লৈয়োন— শূম্বন্দুদা কোল্লগা
কপ্তুন্‌থু লৈরিভৈ
ইন্দোল চেনশিল্লক্তুনা
ঐবু কোনথৎপিরৈদো।
তোক্লো তোক্লো হায়রুনা

ম্লোম্বিরগা চেঙ্ অসী
ঐবু থাদোকপিরকই।
ঐনা হুয়েং চাউরগা
মাগী লম্মন শিংগেকো।
চাউম্ন— ইপায় ইমোম লাঙ্গৈরবী;
ঐবু করম থাঙ্ডুগে!
লাঙ্গৈরবনা নপানা
নঙ্না চরা হেনবনি।
ঐনা লাইবক থীবনা
অহল মতম ওইবনা
শৌজরিবী নহাক্না
য়ুমথোঙ্ য়ুমথোঙ্ থুদিংদা
হারোই হারে ই চঙ্‌ছনা
মীগী থুনেক চৎপনি।
থোংবান লূকপাল ময়াদা
নপা ঐগী চানবা
নঙ্না লম্বান তানবনি। (কপী)
লৈয়োন— পাবা, ত্তোক্লো কপ্লম্ন।
ঐস্ন অমুক কপ্লরোই।
( উমশল্লবা মথুৎকী থুনয়া মপা ভৈথোকপা উরম্বনা )
চাউম্ন— লৈয়োন, নঙ্গী নথুৎনা
পায়রিবস্থ শেল্লনেহে?
পীরকপ্রা, নিরকপ্রা,

ছুরকপরা হায়রুনেহে ?

লৈয়োন— কৈস্নু পায়দে অপোকপা ( মখুৎ লোংশিনি )

চাউম্নু— কৈস্নু পায়দে, অত্তুদি

কদায় য়েংগে নখুত্তো।

( মচাপী মখুৎ পায়দুনা ফাত্তোকই লৈয়োন মমীৎ ঊরা চেনদুনা মমাই লৈথোক্ত্না লৈ—উয়দুনা )

এঃ! ঈহীং শানা পোকথোক্লে!

ইচায় মখুৎ তনোবী

মপা ঐবু থাক্লবা

খুনেক ফৌগু লণ্ড্বদা

ঈহীং নাইহীং শারবা!

ঐবু করম হিংসিগে

হা নোংদম্বা, তমখিদা! ( কপী

লৈয়োন— ত্তোক্লো পাবা কপ্পম্নু

নগু্না অত্তুম ত্তোরগা

ঐহাক থাগবা ঙমজদে।

চাউম্নু— নোংদম্বী নোংদম্নি।

ইপা অমুক কপ্পরোই।

লৈয়োন— অসী থিবিক অসীবু

মীহীং চাবা নিংথোনা

লৈঙাকপনা থোকপনি।

মহাকসীদা শিত্র'দি

পেনথ্রনিদা ঐহাক্তি।

চাউন্নু— ইশায় 'বেম্মা হায়হৈদে।
নচীন নরৈ করুথিনি।
লৈয়োন— কক্তে করুচখিসন্থু,
অচুম্বা ব্বা হায়বদা
ঐনা কৈস্থ কিবিদে।
চাউন্নু— মাঙ্লে মাঙলে ইবেম্মা।
নিংথৌগী না ফক্লাংদা
থেংলি হায়বা ভাদত্রা ?
লৈয়োন— ভাজসন্থু কৈদৌগে।
মচী মচী খুদিংদা
ভাহৎ-নৈহৎলিবসে
য়েংঙমদেনে অপোকপা।
করম্বগী নিংথৌনো
মরোয়শিংনা ব্বারগা
চাদহুনা শিরগা
মুংভাইথোক্লিবসিবো।
মানি মহাক শোয়দেদা
মীহিং চাবা হিংচাবা
মীশা চাবা শানিদা।
চাউন্নু— ইহে। নঙ্বু ভাওরত্রা ?
নিংথৌ হাপ্রবা অসিদি
মীৎনা উবা লাইমক্লি।
মতুম্না থক হায়গন্থু

চৎলো চাকুম খোংজুরো।

লৈয়োন— লাইদি মখৈ ফংলগা
পেনবি হায়নৈ অপোকপা।
মহাক্না লাই ওইর'দি
মাগী মখৈ ফংনবা
লাক্লিবা মখৈদি
মানা হনবা তৌররোই।
মহাকসিবু মীনিকো।

চাউম্ব— চৎলো, চৎলো খোংলুরো।
ইমোম নঙনা নখুত্তো
ঈহীং নাইহীং শা'মখৈ
নোমুরগা ফংলকপা
নপা থাক্ল-চেঙ অহু
ইপা পেন্না চারগে।

লৈয়োন— খোংলুরগে অহুদি (ইমুংদা চঙখি)

চাউম্ব— হা নোংদম্বা ইবুংঙো।
করি খোকহনবিদৌরি?
পুন্সি খোঙচৎ লমদাঙদা
লমদিংয়ৈবা লম্বেন্দা
মাবু লমজাংবিয়ুকো।
হা ইবুংঙো লাইম্নিংথৌ,
কোনশেং সনা পীবরেল,
লোইরমদাইগী লোরবা

লাঈর পুজি 'সীমদি,
য়ানা লোক্ললবম্ম
নৌজরিবা মাবুদি
মুংঙাই-য়াইক-হল্লুকো ।

( ইমুংলোমদা চঙ্গে ভৌরবদা কাঙ্জাম্বা মনাই থরগা লাকই )

কাঙ্জাম্বা— হায় হমুবা, চংথিম্ম ।
কৈদা লোস্তোরিবনো ?
লোত্তুনবু হিংথিজ্রা ?

চাউম্ম— য়াহৈ থোনকম্ মুংশিদা
লৈপাক মচা তাইদকো ।
অঙ্ঙম্বা লৈপাকী ?
'সোমদা লেঙ্ শীনবিরক্সি । ( ফিদা থাই )

কাঙ্জাম্বা— ফমগে লাকপা নস্তেহে ।
কাংগৎ থৌবা লাকপনি ।
পীনি পীরোই হায়দোকউ ।

চাউম্ম— কাংগৎ থৌবা লেঙ্ঙকপা ।
কমদৌসিগে ইবুংঙো,
কুমসিসিদি ঈশিংনা
তুম্বা হাস্তোকথিবনা
ফৌরেল মল্ল অম-ফাও
লোক্তবনি ননাইদি
নোংমৈ ওইনা কৎলগে

অফ কত্ত পুন্নমক
শেমজিন্ শাজিনবিন্নুনে।
কাণ্ড্জাম্বা— অত্থ আদা য়ারয়োই
লোকে-লোকউ, লোক্লোই-তোকউ
পীদফদে কাংগংত্তি।
হোরেল হয়েং য়ারয়োই
পীদোবনি হৌজিকমক।
চাউন্নু— চানবিন্নুবা কৈদোগে,
কুমসিদি য়েংবিরো।
ওন্নকপদা য়াংতনা
ফোদোয় কানা কচ্চগে।
কাণ্ড্জাম্বা— হায়জ-চচ্চ-য়ারয়োই,
মৈগুম মৈশা লাংলবা
নিংথৌরেনগী পম্বেংনি।
অসী থণ্ড্নাথবক তৌ।
চাউন্নু— অহৌং মুংখিল খাক্তনা
চরাত্তবু হেন্দুনা
চরী চত্থই চংতংনা
চরায়না লৈরবা
লোমী ঐনা হৌজিকপু
কদায়দগী লোত্থনা
কাংগং কাথংখিগনি।
কাণ্ড্জাম্বা— নণ্ড্না চরা হেক্সবা

নবাচ্চো'ন নহাক্বী।
মাহু ঐনা উফদে।
পীদফদে হৌজিকমক
পীকম থোকপা কাংগৎভি।
চাউম্নু— লেঙ্ শীন্দুনা য়েংবিয়ু
ঐগী ইমুং অসিদা
ফৌরেল মন্ন অমতং
ফংবিবা হেক থোক্ক'দি
অঙম্বগী নমাঙ্দা
ইঙক লৈদা কেঙ্খগে।
কাঙ্জাম্বা— নঙ্না অহুক থোর'দি
নথরায়হু লৌনবা
কোমুং য়ৌবা ভারে নঙ্।
চাউম্নু— ঐগী থরায় লৌরগা
অঙম্বগী, নিংথৌগী
য়াইফগনি ছায়র'দি
চচ্চগনি অঙম্বা।
কাঙ্জাম্বা— অচ্চা! ঊত্তা তুরগা
রাইদা হৌগৎলক্লবা
লৌমী মচা নঙ্নপ্প
লৈমা নিংথৌ-মকাদা
কাঙ্দেন হুনবা শাত্রহে।
ফাওহে মাবু, পুন্নুহে। (ময়ামা কাহুনা পুন্নি)

চাউম্নু— পুন্নো, ঐবু পুথৎলো।
চাদবনা য়াঙ্গঙ্বা
চনীং চমাঙ্-চকমদা
চাক-মক্ক'মা ভাত্রবা
লোমী ঐবু হাৎলগা
লৈপাক নিংথৌ মুংঙাইনি,
য়াইকগনি হায়র'দি
হাৎলো, ঐবু হাত্তোক্লো।

কাঙ্জাম্বা— মশা শাগল লাক্লুনা
মাবু শ্রো শ্রো চিংঙ্হে।

মী ফাবমী— চৎলুনেহে হন্নুবা। ( চিংদি )

চাউম্বু—"লৈয়োন, ইমোম্ ইবেম্মা"
ইপা চৎলে, লৈহৌরো।

মী ফাবমী— চৎলুনেহে হন্নুবা।

( কন্না ইন্নি চাউম্বু তুই, লৈয়োন ইমুংদগী চেহোয়কই )

লৈয়োন— পাবা,পাবা, কৈদৌরে।
তৌরি'সিবু করিনো!
পাবা——!
( চেনশিন্দুনা মপাবু কোল্লি )

কাঙ্জাম্বা— ইন্না, চিংথোকউনেহে। ( লৈয়োনবু চিংথোকই )

লৈয়োন— নিংথৌ মনাই অঙম্বা,
নথোঙ্ খুন্না কোন্নুনা

লাঈরবীনা তুজরি।
অহল ওইনা শোল্লবা
মপুক থল্লা চাজবা
শীগঙ্নবা ইপাবু
কনবিয়ুনে অঙম্বা।
( কাঙ্জাম্বগী মথোঙ্ পায়ছনা থুরুম্মি )
কাঙ্জাম্বা— চৎথোকউহে কাম্নরোই। ( কাওথোকই )
লৈরোন— চান্বিয়ুনে অঙম্বা।
লম্বাল থরা লৌদ্নাশচ।
মাইরেল থরা ফুৎত্না-হুক
বানা নোংলেল্লরবা
লৌমী ইপা ইচাবু
মুংশিবিয়ু কৈদোগে।
কাঙ্জাম্বা— অরেম্বনি য়াররোই।
পম্বেংদদি নিংথৌগী
কৈন্থ্র লৈত্তে মীমুংশি।
ইনাকথুনবা, লাঈরবা,
অকন অথৌ, অশোন'মা
করি'মতা থায়দেকো।
ঈশিং-মুংশিং-মৈ কাওবা
মহী মন্নায় চম্লিবা
পম্বেংনিহে নিংথৌগী।
লৈরোন— ওরাংদগী পাবসে

চয়া হেন্নরুবনি।
খোংলিবা-চাক 'সিদদি
চখোম 'মত্তা ওইরস্নু
চামিন্নজখিগেবা।

কাওজাম্বা— কান্নররোই য়াররোই,
মথা তান্নু তানীংদে।
নখোয় করি য়েংলি হা
পুরো চংলো মহাকপু।

( ময়াম চঙশিন্দুনা চাউহবু ইনখংলি )

চাউম্নু— লৈয়োন, ইপায় ইবেম্মা,
অরাবদি ইপাগী
কোক্লগনি শোয়দনা।
সনা কোম্নুং য়োত্ত্রিবৈঙে
লম্মখাওদা ইপাদি
য়োরনিদো লাইরৈবাক।
লাইবক থীবী নহাক্না
করম্ তোহোদোরিবা।

মী কাবমী— চবেং চবেং ভাঙস্নু
চত্তুম চংলু হন্নুবা। ( ইন্দুনা পুই )

লৈয়োন— পাবা—পাবা—।

( চেনশিন্দুনা মপাবু কোল্লি )

চাউম্নু— ইপায় 'বেম্মা লৈহোরো,
ঐনা মীশি চাদনা

লম্মথাঙদা শিবদো
নহাক য়েংবা ঙম্মোইনে।

লৈয়োন— পাবা……… ।

চাউম্বু— ইপায় ইমোম নহাক্না
নথুং অহু পোক্'মথৈ
কৌশু লঙ্জরগা
কংজরকপা চেঙছুনা
থোংজরিবা চাক অহু
ইপা চাবা কংদরে।

লৈয়োন— পাবা— (কম্না কোনশিল্লি)

মী কাবমী-- চথোকউনেহে চিঙ্গীবী।

(চিংথোক্লগা কম্না ইল্লি—লৈয়োন লৈমায়থক্তা ভুথি—চাউম্বু কাহুনা পুথি)

চাউম্বু— (চৎনা চৎনা) ইপায় লৈয়োন, লৈহৌরো
লৈরাং চোইনা কেন্দুনা
লৈ-দা লৈ-ও হেল্লোরোকো (চৎথি)

লৈয়োন— পাবা—পাবা— । (হৌগত্না ভান্নরকই)

মী কাবমী— অচ্চা কয়াদনোসে।
লৈহৌরোনেহে চিঙ্গীবী। (ইহ্রম্মী)

লৈয়োন— পাবা, পাবা—
ইপা 'বুংঙো অশোনবা,
লাইবকথীবী নচাবু
করম ভৌহৌ হায়বগে?

( হৌগত্তুনা তুরোই ওাস্রোই ওাম্নকই খোঙ্‌থাং অনী অহমদং থাংলমলগা-
চৎপা ওমদতুনা তুখি )

হো ইমা,
হো ইমা ইবেম্মা !
লাইবক থীবী নচাবু
ইমা, লৌশীনবিরোবা।
নচায় অরাবসিবু
উত্ররনে অপোকপী।

( কপ্পী— চীংনাংওম্বা চেনশীল্লকই )

চীংনাংওম্বা— মুপীমচা কৈদোরে ?
করিগীনো নহাক্লা
ইমা ইমা কৌতুনা
থম্মোয় শোক্লা কপ্লবো ?

লৈয়োন— কনানো নঙ্ কনানো ?
অওম্বরা নহাকপো ?
মীহীংচাবা নিংথৌগী
থুংপায় চেৎপা মনাইরা ?

চীংনাংওম্বা— মানি ঐহাক লাকপনি
থুমন নত্তে মৈথৈনি।

লৈয়োন— মুংঙাইজরে অহুদি
ঐহাক অমুক কপ্লরোই।
ঐবু পোকপা ইপাবু
হাণ্ডোকপিগদৌরিবা

মীহাৎকমত্থু য়োনবা
ঐহাকপুস্থ পুবিরো।

চীংনাংগুম্বা— নগু বু পোকপা পম্বোবু
হাত্তোবগী কাথ্রবা ?
করিগীনো তুক হায়মু।

লৈয়োন— কাংগৎ কাথৎতবগী।

চীংনাংগুম্বা— কাংগৎ কাথৎতবগী
হাৎননবা কাথ্রবা !

লৈয়োন— ইপা ইচা অনীদা
লৈজবনি খুমসীদা।
ইপাত্থবু হাৎথ্রপা
মুপীমচা ঐহাক্না
করম হিংনি ইত্তোমতা।
পুরো ঐবু পুন্দুনা
অত্থু নত্রে হায়রগা
হাত্তোকপিরো ঐহাকপু।

চীংনাংগুম্বা— 'সীবু করম তাত্থনা
করম হায়না য়েংথুনা
লৈরসিগে ঐহাকপু।
অসীগুম্বা থোদোকসে
নোংগাংনবা লৈতনা
খুজীং ওইনা চামনা

মচী মচী খুদিঙ্‌দা
তোয়না থোক্লবনিকো।
লৈয়োন— কানররোই অভম্বা,
হুনা থোইহি শারম্ম
ঐবু তম্না হাত্তোক্লো।
চীংনাংঙম্বা— মুপীমচা নোক্লীংত্রা,
ঐগী ঈগী ইপাচা
ইচীম ইনাউ থিবিক্লা
মপূক হাপ্পা মীথুত্তা
রানা চাক্লা শিরগা
লাকপা কম্লেন ফংহুনা
চাউরিবনি হায়হুনা
তাশীন উশিন্নদনা
মীগী মথোঙ্‌ কোম্দুনা
ঐনা লৈথোক্লিবসে ?
হা-হা-হা-হা-হা।
ঐবু মৈতৈ মচারা।
লৈয়োন— মৈতৈমচা অভম্বা,
চীংলৈহংকী রাঙাঙ্‌না
নতোম্মত্তা নশাবু
রাহোমজনা ঙাঙ্‌হুনা
পাওথঙ্‌নবা তৌরম্ম।
হাত্তোকপিরো ঐহাকপু।

চীংনাংঙম্বা— মুপীমচা করম্না ?
লৈয়োন— মীরম খুমন মচানা
মৈতৈগী ঈ চুপ্লদি
ঈরাঙ্'মদা চুপ্লনি ।
মৈতৈমচা নহাক্না
মৈতৈগী ঈ চুপ্লদি
মহাও থঙ্না থকপনি ।
চীংনাংঙম্বা— চুম্মী, ঐস্নু মৈতৈগী
শেংলবা ঈ থক্নুনা
হিংলিবনি মীওইনা ।
লৈয়োন— করিগীনো অহুদে
হৌজিক ফাওবা নহাক্না
ঐগী ঈদি চুপ্প্রিবা ?
চরা তোয়না হেল্লবা
শীগঙ্নবা হকচাংগী
ঈনি হাউরোই থনবরা ?
চুপ্লো, ঐগী ঈ চুপ্লো ।
চীংনাংঙম্বা— মুপীমচা নহাক্না
পঙ্বদগী পঙ্লবা
চীংনাংঙম্বা ঐহাকপু
ঙসি থোজুল তাহল্লে ।
কুম্মৈ য়েংউ ঙসিদি
নহাল মথৈ চুপ্লকপা

ইপাচাগী ঈ পূম্বা
ঈরাভ্দা ঈ চুম্লিবা
মৈভৈভম্বা নিংথৌগী
মাভ্দা ভেংনা ওথোকে।
কৈশূম শভ্দা ফারিবা
লৌমী শিম্মী পূম্নমক
ভসি লোইনা থাদোকে।
লৈরোন— ঐগী ইপা অহুবু
হাত্তোকপিরম্নগদ্রা।
চীংনাংভম্বা— মুপীমচা, কপ্নমু ;
নভবু পোকপা পম্হৌগী
কাংগৎ ঐনা পীগনি ;
নপা নচা অনীগী
ঐনা চাকথাক হুনগনি।
ভসিদগী হৌত্থনা
পূক্নীং ইম্না লৈপাক্কী
মৈভৈভম্বা নিংথৌনা
রায়েন থৌদাব্রবদি
য়েক্লবনি মা ঐগী।
ভসি ঐগী থরায়সে
ইরৈবাকী, ইঈগী
কৎলে মৈভৈ লৈমদা।
( মথাংথংগী মায়কৈদগী কপ্না কপ্না লৌমীমচানা লাওরকই )

লৌমীমচা— হো পাবা, হো পাবা।
ঐবু করম লৈহৌগে।
কাংগৎ কাদে হায়দুনা
হাৎনবগীদমক্তা
ঐগী ইপা ফাথরে।
হো পাবা, হো পাবা।
ঐবু করম হিংহৌগে!

( চীংনাংঙষা চেনগে ভৌই—অবাংথংবা মায়কৈদগী লৌমী মমা অমনা কপ্পা কপ্পা লাওয়কই, চীংনাং গুরা তাদুনা লৈ )

লৌমী মমা— ইমায়-'বুংভো ফাথরে।
হিংচাবগী মনাইনা
কাংগৎ কাদে হায়দুনা
ইচাগী ঐ চুপ্পবা
ইমায়-'বুংভো ফাথরে।
ইমায়-বুংভো ইমাবু
করি ওইরো হায়বগে?

( মনীং থংবা মায়কৈদগী লাউনরকপা তাররকই )

মী কাবমী— কম্না কম্না ফুদংলু।
মশা শ্রো শ্রো লাক্তুনা
চিংদুনা পু মহাকপু।

লৌমী-মুপী— ভমথীবশা ভাইথোনে,
ঐগী ইপুরোইববু
পুবিথিম্নু থাদোকউ। ( চেনশিল্লি )

মী ফাবমী— শিজহৌরো চীম্বীবী। ( কম্না ইমি, তুই )

চীংনাংগুম্বা— গুরে, শীমে, থাক্তরে।
মকম মত্তম নাইখিদ্রে,
মুপী অঙাং-য়েংখিদ্রে ;
মায়কৈ মরিমক্তগী
অরা ভেংথা থোঞ্জেম্না
নাকোং অসী য়ৈশীনখ্রে।
চঙ্‌লে, ঐহাক লান্‌ চঙ্‌লে
মরৈবাকপু নীংজবা,
মাগী ঈবু মুংশিবা
মৈত্তৈ মচা কনা লৈ ?
লাও থোরকউ, কিগন্নু
ঐগী ইতুং ইম্নকউ।
ইরৈবাকী য়েক্নবা
ভরংথোম্বা নিংথৌগী
মঙক্‌ কক্লে হায়রগা
ইপাচাবু কনসি লাও। ( চেনখি )

ওশুবা তুংপা

# মৈতৈ কোন্নুং

মকম—শজায় মাঙোল

মতম—নুংথিল

( নিংথিবা ভাঙ্‌বল অমা থাগ্নি। কাঙ্‌জাগ্বনচিংবা মনাই খয়না থৌগল তৌহুনা তরংখোম্বা ভাঙ্‌না ভাঙ্‌না লেঙ্‌শিল্লকই )

তরংখোম্বা— ওসিসীগা থারগা
মাপন্নি হেক শুবদা
কৌপোৎ লিশীং চামগাথক্‌,
নিংথি তুরেল খোঙ্‌নুংদা
শেনগা খুৎশিন্নরগা
তাইদোবনি অন্নাদা।

কাঙ্‌জাম্বা— সনা নোংদম খোন্নিদো।
মপোৎ শুরে ইনিংথৌ।
হোম্নবা হি-চাক্রেৎ,
পুননবা মী চামগা
চয়োল 'মদা লোইনবা
থৌরাং লোইরে ইনিংথৌ

তরংখোম্বা— য়াম্না ফরে কাঙজাম্বা।
মাহুমস্থ মাহুনি
মাসীমস্থ থঙ্‌জিন্নু—

হীরাচৈগী থাজীন্দা
লৈপাক জোকপা খোঙ্‌শাম্নি।
ইহান ছানবা খোঙহৌদা
ময়াঙ্‌ লৈপাক পাগনি,
মাতুম্ন মতুং তাবদা
ভথেল ভেখাও থেংননি।
লৈপাকশিংসে লোক্লগা
পাক-চাউরবা লৈপাক'মা
শেমগৎকনি ঐহাক্না।

কাঙ্‌জাম্বা— নোংদমখোম্নি ইনিংথৌ।

ভরংখোম্বা— লাম্মী লিশীং অমগী
মতম ককপা লৈতনা
চঙ্‌গদৌবা চীঙ্গাক, শেল
মৈতৈ লৈপাকসিদগী
শুমদৌবনি কাঙ্‌জাম্বা।

কাঙ্‌জাম্বা— ননাই ঐহাক লৈজরি
সনা নোংদম তুংইন্না
শীঙ্গগনি ননাইনা।

( নোংখোম্বনা থাজবু কাহনা পুশিল্লকই )

নোংখোম্বা— হা-হা-হা-হা-হা।
খুৎশোয়, লানশোয় শিজরোহে।

( থাজবু কম্না ইনশিল্লকই থাজ নিংথৌগী মমাঙ্‌দা তুই—ময়াম ইঙক ভক্না রেংবৈ—নোংখোম্বা চঙ্‌শিল্লকই )

ঐবু লোইবা লৈমাবা। (থুরুম্মি)
মপুম সনা থুমাদা
মৈতৈ নিংথৌ মপাম্মী
রাণম্ থাজ শকহেনবু
কচ্চরিয়ে ইনিংথৌ।

তরংথোম্বা— হা হা হা হা হা।
মৈতৈ নিংথৌ মপাম্মী
রাণম থাজ হায়বদো
শোইনৌ অসী ওইরেকো।

থাজ— মানি থাজ সনানি।
মৈতৈ নিংথৌ মচানি।
অপাম্বদু পাংথোকচৌ।

তরংথোম্বা— পাংথোক চাম্বা, হায় পাথঙ্।
নঙক্ নোম্মি থঙ্ক্রহে।

থাজ— ইঙক নোনবা, করিগী।

তরংথোম্বা— নমীৎ লীকোন অহুনা
নখুংঙোবু উবগী।

থাজ— তরংথোম্বা নিংথৌবু
থাজ ঐগী ইবুংঙো।
হা হা হা হা হা।

তরংথোম্বা— মানি, নবুংঙোনি ঐ।
নপাবুস্থু হাত্তুনা
নরৈবাকপু মৎলবা ;

ইথুংখাক্তা তারবা
চোইহা নঙন্না নত্তনা
মৈতৈ লৈপাক পুন্বগী
মরামবকপু লেপ্পনা
নোংশি-নোংমত্রিরিবা
নোংদম্মদো ঐনিনে।
ঐবু খুরুমজর'দি
পুন্সি লৈনি থঙজোনে।

থাজ— তাইবংপানগী তাইবংগী
তাইয়োন্মথৈ তোক্পনা
তাশীন্দুনা শারবা,
ভরংদরু তাউরবা
ভরংথোম্বা নিংজোনা
নোম্বু ওইর'দি
কোনশেঙ্ সনা পীরক্লেল
ফুহিং সনা লাইজরেল
ঈগী ইপুরোইবদো
থাজ ঐনি থঙঙ্গে।
নঙেঙাম্নবু করিগী
ঐনা ইকোক নোনগনি।

ভরংথোম্বা— অচ্চচা। নঙ্নম্ !

থাজ— নঙ্গী খবাম জোরগা
ঐবু পোকপা ইপাগী

লম্মন খুমগে লেপ্লিবা
মৈথৈ নিংথৌমচানি
অসী থঙ্ না ঙাঙ্ঙ্ নে।

ভরংথোম্বা— অচ্চা। চোইক্রি চোইথৎপা,
চোইহা নঙুম্বনম্ন। (থাঙ্ শৎকে ভৌই)

নোংথোম্বা— সনা খৃৎনা করিগী
খুৎশোইসীবু হাংকনি।
য়েক্লবনি ননাইগী
ননাই ঐহাক হাংচগে।

( থাঙ্ শৎত্ না হোৎচিল্লকই—থবা চেনশিল্লকই—ময়ায়দা লেপ্পী )

থবা— ঙাইথো, মাবু হাংথিন্ন। ( নোংথোম্বা লেপ্পী )
হা হা হা হা য়েক্লবা!
ইপুরোইবৈ য়েক্লবা।
ঐগী ইপুরোইবগা
য়েক্লরবা মহাক্তি
য়েক্লবনি ঐহাকী।
ঐনা মাবু হাংকনি।

ভরংথোম্বা— হাংলু—ইপায় ইবেম্মা।
মহাক নপুরোইবগী
য়েক্লবনি হাত্তোকউ।

থবা— হাংভনীংঙাই করি লৈ।
ইকমদদি ঐহাকী
য়েক্লবদি ইপাগী

য়েৎনফম্নি ইশাগী।
হা হা হা হা হা।
ইপুরোইবৈ য়েক্লবা।
ঐগী থাঙ্লেন ময়ানা
কৃপ্না কৃপয়ান য়ানফম্নি।

অংখোম্বা— হা হা হা হা। নোংখোম্বা,
ঐগী ইমোম থবানা
নঙবু য়াবিরেনেহে।

(হয়াওনা নোকই—নোংখোম্বা ফুংঙাইজে)
হাংলু মাবু হাঙোকউ।

থবা— হাংনি মাবু হাংকনি।
তাইয়োল্লবা থঙ্জোহে,
ইপুরোইবৈদমক্তা
থবা ঐনা লেপ্লিঙৈ
য়েক্ল-কল্লক কনানা
ঐগী ইপুরোইববু
লাকচ-খুত্থম চন্‌গনি।
ঐগী হৈজ্রাং অসীনা
নথবাক্তা থিল্লগা
নঙ্গী থরায় লৌগনি।
হা হা হা হা হা।
লৈরম্মুদো শারংখোক।

( চেন্ শিল্লকই—নোংথোম্বী মথুন্তা থাঙ্ পাইদা উরদুনা মনাক য়ৌরগা )

থবা— নত্তে নত্তে ঐ লাক্লে।

ঐগী য়াথল শেরাক্লে। ( মপাদা )

ইপা নিংথৌ য়াইকবা।

তরংথোম্বা— হায়রু ইমোম ইপাদা।

থবা— মাবু হৌজিক হাথখিরোই।

নৈপাক মীয়াম থৌনবা

খুঙ্গোইননা হাংকমি।

থবা ঐহাক নৈরিবৈতে

কনায় মতীক লৈদুনা

ঐগী ইপুরোইববু

তাথী তাওইনগনি।

তরংথোম্বা— নৈতে, নৈতে ইবেম্ম। ( কাক-কাক নোকচৈ )

থবা— চৎলু লাম্মী পুথোকখ্রো

মৈতৈ নিংথৌ মচাসে।

কৈশুম শঙ্দা থমদুনা

নশামক্লা শঙ্দুনা

শোয়দনবা শেন্নুচো।

শোয়বা য়াবা মা নত্তে।

( লাম্মীনা থাজবু পুথি )

হা-হা-হা-হা য়েক্লবা,

তমথিরবা য়েক্লবা।

মঙানিগী মত্মুংদা

রেরুবক্ হাজিংও

থবা ঐনা য়োলদি

ইপুরোইবৈ মকাদা।

তরংখোম্বা— হা হা হা হা ! নোংখোম্বা !

থবা— অদুম মতুং ভাবদা

মাবু ঐনা হাংকদি।

হা হা হা হা হা !

মাবু ঐনা হাংকদি। (চংখি)

তরংখোম্বা— হা হা হা হা হা।

হয়াওজরো নোংখোম্বা।

ঐগী ইমোম থবানা

নঙ্বু য়াবিরেনেহে।

( নোংখোম্বা ইকাইরপ ভোনা নোকচৈ )

হায় কাঙ্জাম্বা। অউনপোৎ,

ইমোম কানী অউনপোৎ;

পোৎজমা চাবা চামবা

খুজিং ওইবা, থঙ্লবা ?

কাঙ্জাম্বা— ননাই লেইবা থঙ্জক্কে।

( চীংনাংঙম্বা লাকই )

চীংনাংঙম্বা— অদোম কিংখৌ য়োইহেন্বা,

নোংমাই কিংখৌ য়োইহেম্বা,

ননাই চীংনাংঙম্বনা

নোঙ্মিয়ে দাম্মিংখৌ।

তরংখোম্বা— নংগী করি য়াকংনো
হায়য়ু মৈতৈ অঙম্বা।
চীংনাংঙম্বা— অতৈ নত্তে লৈমাবা,
কবো শেম্বি মীরমদা
থাদোরিবা কৌয়ামসে
খিংবিয়ুনে ইনিংথৌ।
তরংখোম্বা— তুমিন লৈয়ু ভানীংদে
নঙ্গী নথৌ করি লৈ?
চীংনাংঙম্বা— ইথৌমক্কি থঙ্ জুনা
হংগৎলিবা অসীনি
ভাদ ফদে তাবীয়ু
থিংদ ফদে খিংবিয়ু।
তরংখোম্বা— য়াথং য়াবা নহাক্না
য়াথং থাবা ওইর'দি
নয়া কবাক থজুনা
য়াইখোঙ্ কুরি থঙ্ ত্রহে?
চীংনাংঙম্বা— মপী মপা ওইরগা
মচা থাক্সি, য়োকনি
থঙ্ মল্লক্ বত্তদা
খুদোনবীনা খিন্দুনে!
তাক্লিবনি ইনিংথৌ।
তরংখোম্বা— চীংনাংঙম্বা করম্বা?
চীংনাংঙম্বা— ভাবা লৈবা ওম্মক্কে,—

য়ুম্লক খুম্লক—লৈরক্তা,
মচী মচী খুদিঙ্দা
চরী চহুই ভংলবা,
চরাম চংভংনরবা
মুপী অঙাঙ্ কয়ানা
তোপ-তোপ তুদ্না শিরিবা,
লৌবুক লম্মাং-লমদোন্দা
লাক্তরবা লৌমীনা
ঈঙাঙ্ পাক্তরুহুনা
ঈমু পাম্ফেয়রিবা।
কায়নরবশিংহুনা
কপ্পা লাউনরকপগী
মীকপ্ মীরাও খোন্তনা
পূম্লিন-নিনখ্রে লৈপাকসে।
য়াইক-কোন্দা য়াই-ওইবা
য়াইকয়েনগী য়াইকনা
সুংঙাই য়াইক পাল্লবা ;
মীরম্লেনগী মীখোইবা
মীহেল্লবা মীয়ামগী
মীনোক্তনা নিল্লবা ;
সনা লৈপাক ইরৈবাক
ওইখ্রে লেম্লৈ-ঙারৈবাক।

তরংখোম্বা— য়াঙাঙ্ কাঙ্দেন হুনগম্ম

ওইরোইদৌবা হাতাজনা
ভেংনা শাহ্নচাজনীংদে।

চীংনাংগম্বা— নরোইচাবু হাংলগা
শেম্বিচাবু কনবদি
হোনবজা ইনিংথৌ?

তরংখোম্বা— মৈতৈ জবা নিংথৌদা
থাম্লে হৌন চেলদ।
ভাঙ্গোকখ্রবা ইয়াখং
লেংইহেত্রবা মুজীংনি।
চীংনাং, নহাক খঙ্ব্রহে?

চীংনাংগম্বা— মঙ্গীং চীংজাউ কুতুনা
লৌমীশিংগী মকোক্তা
ওম্বনিনা নবকিবা
মাহু লোথোকপিরগা
থাগ্রা হন্দোকপিবস্তু
ওক্সম থোকই ইনিংথৌ।

তরংখোম্বা— নিংথৌ ঐগী চীংজা
অচচা। মতোম্নরহে।

চীংনাংগম্বা— সনা মীৎয়েং লাতুনা.
য়েংবিয়ুনে ইনিংথৌ—
চরাম-চক্তনরবা
পুক্তা মথুং খম্লগা
মৈতৈ লৈপাক মীরাম্লে।

মনিংথৌগী খুয়াদা
চাক্লি-কিনিনজবা
কুজিম্বরক্লিবসে।
চানবিয়ুনে ইনিংথৌ।

ভরংথোম্বা— (য়েংলগা) চংলু নহাক কাঙ্জাম্বা
মৈতৈ কনা অমত্তা
স্নথোঙ্ লানশিল্লককদে।

কাঙ্জাম্বা— নোংদমথোম্নি ইনিংথৌ। (চংখি)

ভরংথোম্বা— নঙনা থৌদোংলহনা
নিংথৌ ঐগী মায়োক্তা
মৈতৈ নিঙাই চাউহল্লে,
লৈপাক ইরাঙ্ হৌহল্লে।
অদুগুম্বা নহাক্তা
লৈঙাকপগী মকাদা
শিরোই-নারোইদোবগুম
লৈঙাক থোদা শীল্লরি।

চীংনাংঙম্বা— মথীবোঙ্বু কোম্ভুনা
ইনখুবদা মীচান্দা
চরায়বা কনানা
লৈনি উশিন্নদনা।
মচীপ্লাক্লীদমক্তা
শিবা কিবা করম্বা
চরায়বা কনা লৈ?

পূকী লান্দি লাঙ্গাউনি,
থাম্বিদগী শারবা
চাকী লাম্নি চাক্লবা।
( তম্বংখোম্বনা ইহল পী নোংখোম্বা চংখি )
মচুংশিন্না লৈপাকী
ঐনা হংগচ্ছরিবা
য়াবিগনি য়াবিয়োই
স্না য়াথং তাবিরো,
ঐগী ইথৌ পাঙ্জপে।
তম্বংখোম্বা— য়াবিরগা কমদৌবা,
য়াবিত্রগা কৈদৌবা ?
হায়য়ু চীংনাং তাসিহে।
চীংনাংওম্বা— য়াবি'রদি হাওমুনি,
য়াবিদবা থোক্ল'দি
মৈতৈ কনা অমতা
মথা পোনদ্রে থুমনগী।
তম্বংখোম্বা— হা হা হা হা হা।
নঙ্গী পাউথুম অহুগী
মতীক চাবা চৈরাক্তি—
( ইহল পী য়োংহিং পায়বা অমগা তা পায়বা খরগা থোরক্লনা লেপ্পী )
চীস্থীবসি পুল্লুহে।
চীংনাংওম্বা— পুল্লো লাও-লাও ওম্নগা।
( লাও, শংদি—ময়াম লকক্ তৌই )

তরংথোম্বা তাত্রহে—
অরেম্বদা শিনবা
মীচোয় থাজিমকম্ন।
নহাক ঐহাক অম্বানি
চোংথোক্লকউ থেংনসি॥
থাঙ্‌গা থাঙ্‌গা য়ানসি
ভাগা ভাগা থিমসি
নঙ্‌বু হাংদে হায়রগা
মৈদৈ লৈমা ইমাগী
ডাংগ্রা খোঙ্‌দা খোঙ্গিবা
য়োংহিংসিবু কক্লুবা
চত্তংমবা ইঙবু
মপূক থম্না পীজগে।
থোরকউ লাও থেংনসি।

তরংথোম্বা— অচ্চা। নঙ্‌শুম্বনস্নু।

( কুক হৌগত্‌না থাঙথোক হেক পায়বদা ওলাই মচৈ লোয়া খাজেল তৌদুনা মতুংদা লৈরবা নোংথোম্বনা চোংশিনখিদুনা চীংনাংগুম্ববু থাঙ্‌গা কোয়না ওপকোন-কোনশিনগ্রে—তা পায়বা ময়াম চঙ্‌শিল্লদুনা চীংনাংবু কাদুনা য়োংহিং চনগ্রে )

হা হা হা হা হা।
থুংশি মচা নহ লম্ন। ( য়োহিনারই )

নোংথোম্বা— কপাকলিজি। ইমিংথৌপ্

মাগা য়াজম্ থাজগা
মীয়াম মাওয়া শানরাম্মা
লেয়া লেয়া হাংতুনা
লৈপাক কুপ্নে ওইহনসি।

চীংনাংঙম্বা— খুনন নিংথৌ হিংচাবা,
মৈতৈ ভম্বা মীচাবা।
লমদাং রৈবা লাক্কমদা
মায়োক্নরম্লবদি
নথবাক্তা খৌরবা
খুজান ভয়ামক্নসীবু
থুয়া রৈশিল্লরগা
শাথিরবা শা-নও্গী
শা-ওইরবা মশাদু
শায়ায় থায়বা লেন্তুনা
শবাক ফান্নহনৌবনি।

ভরংথোম্বা— কৈতুম শওরা খন্নুচো।

( ইন্দুনা চীংনাংঙবা পুথি—ভরংথোম্বা শাক শাক নোক্না লৈহৌই )

# অনৌশুবা তাংকক্

## ১সবা ভৎপা

মফম—কৈথুম শঙ্

মতম—হুমিদাং

( মথোঙ্ মখুৎ পুন্দুনা ঘাঙম থাজবু কাহ্নুনা থম্নি—মাবু পুখিবা লাম্মী অহুমক্না থাঙ্ পাম্বহুনা হংগৎ-হন্দা চংলি—ঙাইহাক লৈরগা ঙাঙ্না ঙাঙ্না থবা লাকই। )

থবা— হা হা হা হা হা মৈতৈ।

খুমন ইপাচাগীদি

খুংশি, লানশি, খুংশোই।

ঐবু পোকপা ইপাগী

শাথিরবা য়েক্লবা।

থাক্লোই, থম্লোই, লৈহল্লোই—

মৈতৈ লৈপাক অসীদা

মৈতৈ'মতা থম্মরোই

তক্লা, তুম্না শোইগনি।

য়াথং ইক্রে নিংথৌগী

কাংগৎ কাব্রে মপুগী

লৈপাক ঈরাং হৌরক্লে।

হুমিং হুমিং খুদিংগী

হাচ্চিল্লকপা লৌমীগী

ঈনা ঈরৈ তাহুনা
ঈচেল নাইনা চেন্থত্রে
লোক্তাক ঈপাক তমন্থনা।
খোঁজ্রি অসীমক্তদা
মৈতৈশিংনা খুমনবু।
মৈতৈ ওম্বা নিংথৌগী
য়াইবি লৌনি হায়রহুনা
থৌথাক্লাইবা মৈতৈনা
মচী মচী খুদৌংদা
শরৌ লৌতু-নহিক্লি।
মপারীশু শাংতবা
নিংথৌনিদি হায়রহুনা
উশিংতবা শাবোইদো।
নীপা মরায় হেল্লবী
মমোম থবা লৈ হায়বা
থঙ্‌দ-শাত্রা মৈতৈশা! ( থোঙ্‌শঙ্‌বদা )
হায়য়ু নহাক মৈতৈরা?
থোঙ্‌শঙ্‌বা— ননাই ঐহাক খুমন্নি।
থবা— মৈতৈ নত্তে খুমন্নি।
হায়য়ু মৈতৈ কৈদা লৈ?
লোইনা তন্না শোইদৎকে
মৈতৈ লৈপাক অসীদা
মৈতৈগী-ঈ থম্নরোই।

থবা— হিংচাবীনি ঐহাক্তি।

য়েক্লবগী কাদদি

মীহিংচাবী য়াইভম্বী,

হিংচাবীনি ঐহাক্তি।

য়েক্ল-খুরৌ পূম্নমক

থাঙ্‌শাঙ্‌সীনা কক্লগা

লম্মল মথাক লোইশিন্নি।

থোঙ্‌সে হাংঙু থোংশঙ্‌বা।

( হায়দুনা থোঙ্‌শঙ্‌বগী নাকথঙ্‌দা থাঙ্‌দোন্না নম্মী )

থোঙ্‌শঙ্‌বা— ইবেম্মা............।

থবা— তুমিন নৈয়্ম, ভাঙ্‌কদে।

নখোল মেক হেক লাউবদা

শিরে হায়না থঙঙ্‌হে।

হাংঙু, থোঙসী হাংদোকউ।

( থোঙ্‌শঙ্‌বনা থোঙ্‌ হাংদোকই )

পুন্নিবসি থোক্তোকউ।

( থাঙ্‌দোন্না নম্না নম্না থবা ইরৈ—থোঙ্‌শঙ্‌বনা থাজগী পুন্নিবা থোকই,—থবামা ইহুন পী—থাজনা মাবু পুন্নবা য়োৎহিংনা থোঙ্‌শঙ্‌ববু উথোঙ্‌গা পান্নবা পুন্নবা হোৎনরি )

থবা— ভাইবিরমথো ভাইহাক্তো।

( থাঙ শিন্নরম্লগা অতোপ্পা কাদা চঙখি—পুনবা লোইরবা মতমদা থবাগা চীংনাংঙম্বগা চেম্বোয়কই )

চীংনাংঙম্বা—মজা 'বুংঙো য়োইহৈবা',

খাজ-সনা শকহেনবা। (গুরুণী)

খাজ— ইপু, লাকপা অঙম্বা,
লোইবি চীংগুম চীংলেম্বা।

থবা— খাজ-থবা অনীগী
চুংশিন-পুনশিন্নরবা
থন্নায় হকচাং অনীমক
শিন্নজরে ইপুদা।

চীংনাংঙম্বা— ঐগী থন্নায় হকচাংনা
পূন্সি ভাইয়ুক্ষমসীদা
খোঙ্‌দোয় হুন্নিমখৈদি
নাই-ওইজরে অনীগী।

থবা— খুন্নন ঐগী ইপাচ',
নহাক ঐবু শাউগন্থু।
হেনক্ষত্রবা ওইবনা
নঙ্‌বু 'ন্নাবা পীরম্লে।
সে-লৌ, লৌক্লাং অসী লৌ।

(লোঙ্‌শঙ্‌বদা হুকপিরে)

নোংচুপ পাংনা লেংলসি
লাঙ্গোই লৈরম্লগনি।

(অহম্মক চংখি)

অনীশুবা উৎপা

মৈতৈ কোনুং

মকল—শগায় শুমাঙ

মতম—অয়ুক।

( মনাইশিংনা খোংগন তৌদুনা ভয়ংথোম্বা নিংথৌ ঙাওনা ঙাওনা লাকই। )

ভয়ংখোম্বা—চেনখ্রবা— !

য়েরাউ চেনশুম তোক্পনা
ঐগী ইমোম থবানা
য়াওম্ থাজ শকহেনবু
কৈশুমদগী চেনখ্রবা !
মপা ঐগী তমথিনা
য়েক্লববু মহাকী
তাইবং-পুন্সি খোঙচত্তা
লোয়না লোয়ুম ওইখ্রবা।
ঐবু হুপ্লাল্লমবা !
ভরা খোক্লা ফংওম্বা
মপুরোইবৈদমক্তা
অমদগী হেন্দ্রবা
তাইবংপান্দা শূপ্পগী
অমথক্তা ঙায়রবা
মাবু পোকপা মপাবু
হুয়া য়েংলমখ্রবকো !
হ—হ ! মুপী ভকইদা ! (নোংথোম্বা লাকই)

নোংথোম্বা—মৈতৈ খূমন লৈপাক্কী
কংলা শাংকাপ তম্লিবা,
নোঙরিয়ে ইনিংথৌ। (খুরুম্মী)
তরংথোম্বা— চঙলকউ লাও ইদাইরেম।
নোংথোম্বা— ননাই ঐবু কৌবিবা
শাকম শান্নম লৈবরা?
সনা নোংদম তম্বিসি
ভমদাইজগে ননাইনা।
তরংথোম্বা— লৈতে লৈতে ইদাইরেম।
ঐগী ইচৌন অসীনা
করম তৌনা পনসিবা!
নোংথোম্বা – নয়াথংবু য়াজবা
ননাইনিনে ইনিংথৌ
তাকপিদোবা তাকপিয়ু।
তরংথোম্বা – ভরাং অহৌং অথেংবা
নোংয়াই চবুক লোন্বদা
চেনখ্রে কৈশুমশঙদগী
থাজ সনা পুদুনা।
নোংথোম্বা— করম তৌনা কনানা?
তরংথোম্বা—থোঙ্শঙ্ববু ফাদুনা
ময়া ফিবুল নমদুনা
উথোক্কেন্দা পুরুগা—
নোংথোম্বা—উথোক্কেন্দা পুরুগা

থাজ মাবু কনানা—

তরংখোম্বা—কনানবু ওইগনি

তরংখোম্বা নিংথৌগী

মায়দা ছামুক থৈহনবী,

থুরকী ঈনা লাইশাবী

মপা হাংপী থবানা।

নোংখোম্বা— নজা 'থেম্মা থবানা।

ইস—!

( হায়রুনা মথুংদা মমায় থুম্নগা নীংবা কায়না লুকথখি )

তরংখোম্বা— করি! লাম্নোইহল্লবা,

মাবু ঐগী ইচাকো!

নত্তে 'ত্নুক্লং নত্তে মা

ঐগী ইচা নংত্তরে।

চৎলু, চৎলো নোংখোম্বা,

মাবু ঐনা নত্তোন্দা

পুম্পী-পীথোক্লবনি।

ফংবা মকম মতমদা

হাংকে তুপকে নপীংনি।

নোংচুপ পাংনা চৎথি হায়

ময়াঙ্‌ লৈপাক তান্নমি।

নীকোক কুন্দং পুত্থনা

তায়রুচো মহাকপু।

( নোংখোম্বা চৎকে তৌই )

ঙাইখো, ঙ্কিংগংথিগনু।
চৌংনাংঙম্বা য়াওগ্রে হায়
শোয়বা য়াদে চেকশিল্লু।
থাজ-সনা কারগা
পীদোবনি ঐঙোম্দা।
লৌনম চাউবা মহাকপু
ইথুৎমল্লা হাংকনি
ঐগী থম্মোয় ঈংনবা।

( থুরম্লগা নোংখোম্বা চৎথি )

অম্মুক খোয়জেঙ মুংজেংবা,
ইকাই-মুংশি য়ারবা
পোকপদগী তৌরক্তি।
( অচ্চা! ) লাকচথিদা শরীশো!
( মথায় লৈখোক্লনা চংকে তৌবদা থুমন্দগী চেল্লকপা লাম্মী লাকই )
লাম্মী—য়াইকরেনগী য়াইওয়বা
লৈকোয়-মপু পুমারেল! ( থুরম্মী )
ভরংখোম্বা—হায়য় লাম্মী করিনো?
লাম্মী—ভাবিরসি ইবিংখৌ,
পোইরৈ মৈতৈ লমদগী
অরা তাম্না থারকপা
কৌগী হিবোৎ য়াথৈদো
মরম লম্লেন মদায়না
লেকমাইজিন হেক য়োবদা

ননাও 'বুংঙো অতোনবা
কম্বোঙ্‌বনা মীয়ামগা
লোইনা অক্লা ফাজিনখ্রে।
ভরংখোম্বা— করি লাম্মী কৈদোবা ?
ঐবা থাবা কোগী হি
কম্বোঙ্‌বনা কাখ্রবা !
লাম্মী— ফাজিন্দুনা কৌয়ামঙ্ক
শায়েন্দ ভায়েন্নবগুম
মরোয়শিংদা য়েম্বোকখ্রে।
ভরংখোম্বা— অচ্চা ! মাগুম্বনম্নু।
ময়াম্বগী মায়য়োক্কা !
লাম্মী— মুন্নবগীদমক্তা
থুমন লৈপাক ভাক্লিবা
লাম্মী ময়াম হোচ্চিন্ত্রে,
নশানৌগী মীয়াম্মা
য়াম্মা হেন্মন্‌থিবনা
মুন্‌বা লাকপা ভমহৌত্রে।
নরোয় লাম্মী পুন্নমক
লোইনা তোন্না তুহৌরে।
ভরংখোম্বা— হৌজিক করম তৌহৌরি ?
লাম্মী— হাৎপা মথৈ হাৎলগা
লালহৌরকপা কাঙ্‌বুহ্
লম্লেন ঈকোপ খোঙ্‌জুংদা

লৈখ্রে মহুম শাহুনা।
ভরংথোম্বা— লম্লেন ইকোপ খোঙ্ম্বুংদা
মহুম শাদ্না লৈখ্রবা।
লাম্মী— ননাইবুস্থ কাহুনা
হাৎকে তৌরবদগী
নশানৌনা কম্বুনা
থৌগল পাউবু থারকই।
ভরংথোম্বা— মানা করি হায়রকই?
লাম্মী— "মীরম অয়া লৈপাক্তা
থাদৌরিবা ফৌয়ামহু
চরা হেনবা লৈপাক্তা
থুম্গাইহুনা য়েম্থোকউ।"
ভরংথোম্বা— চোইহা শোইনৌ মহাক্না
ভরংথোম্বা নিংথৌবু
অহু য়ৌনা হায়রকপা?
লাম্মী — ভাবিথোনে লাইয়িংথৌ।
"ইপাবুংনা লৈপাক্তা
তাকপিরম্বা তুংইন্না
নোংয়াই থুমন লৈপাক্তা
কংলা মেনগী কম্বানসে
সনা থুংনা খুংথেঙ্না
ইথুবাক্তা শিররো।
রাকম অনৌ অসীবু

য়াত্রবদি য়াম্বুংনা
থোমদোল্লংবা লাম্মীকাও
কম্না লাম্বেংনগনি।
হয়েং খাঙ্‌বা হুংচিংকী
মুমিৎ মুংবা মতমদা
খুমন কোল্লুং পায়গনি।"
তাকশিরকই —অসূয়া।

তরংখোম্বা— (খাক্লা খাক্লা নোক্লগা)
মহা মানা ঐহাকপু
অহু য়ৌনা খনথ্রবা।
(ফাক ফাক নোক্লগা
খঙগনিদো হন্মক্তি
লম্ু হেন্নক্লবদি
ঈতিন্নবা ইনাওকাও
ইরৈবাক্তা থন্নরোই।
ঐগী নীংথি ফজনা
শাথোঙ্‌ লাম্বোঙ্‌ খঙ্‌লবা
লাম্মী লিশিং অমনি।
চৎলু, লাম্মী থীনহু
মথোয় চাত্রেং পুরগা
ফুম্বী ফুমপৎ ফুদীত্তা
মাঙ্‌জোঙ্‌ চোংবশিংহুবু
ভান্না তান্না কম্মলু।

অমত্তা কক্ খাক্করমে
শোইদংবু লোইনমক।
লাম্বী— নোংদমখোয়ি, ইম্বিংখৌ।
( খুন্নাপা চংখি )
ভরংখোম্বা— হা হা হা হা হা!
নোক্নীংলেদা শরীখো!
( লৈখোক্তুনা মংকে তৌরবদা চাউম্বু থক থক নীক্না লাকই )
চাউম্বু— খুমন নিংখৌ য়াইকবা,
খোজাল হৈবা লাম্বিংখৌ। ( খুল্মী )
ভরংখোম্বা— অহল নঙবু কনানো?
চাউম্বু— ননাই ঐহাক লৌমীনি।
ভরংখোম্বা— করি পাম্মী হায়বুহে?
চাউম্বু— কুবি হৈবা ইবুংঙো,
থাঙবা খুবা ভমজবা
অরাম খোরাং মৈচাকসে
কোকহনবিয়ো জায়হনা
খুরুমজবা লাকপনি।
ভরংখোম্বা— অরাম খোরাং কোক্ষবা
ঐবু খুরুম্নবিয়া?
চাউম্বু— মানি মানি য়োইহৈবা।
চাদবগী মৈচাকসে
ওয়োক্লম্ব চাকখ্রেবা।
মৈদা ইত্তুনোদনা

চাকথেৎতুনা কারবা
অরীম চাক্কী মৈচাক্পি।

ভরংথোম্বা— অত্থ য়েনা চাক্রবা ?

চাউম্বু— অমুক নীম্থবিরম্বু
থোঙ্গাল হৈবা লাম্মিথৈ,
খাঙউমদরে মৈচাকসে
তম্না মুথৎপিরোবা।
ইশাগীদি লাম্বরিনে
টঘোম মদোম পোকচবী,
চরাহেনবী মহাক্কী
মতৌ য়েংবা ভমজক্রে।

ভরংথোম্বা— রাথল চাউবা হন্নবা
থোঙ্‌্রায় কম্বেৎনত্তুনা
নোংদোল শঙ্গায় শাবগী
সুংডাই রাথল তৌরম্বু।
চগেম মচেৎ অমা-ফাও
ভরংথোম্বা নিংথৌদৈ
ফংনি হায়বা থম্মুম্বু।

চাউম্বু— নিদে ঐদি চাক্লিদে।
শূম্না মরল চাদৌবা
লীক লীকপা অরীকপা
থুমন নিংথৌদগীদি
নিদে ঐদি চাক্লিদে।

ভরংখোম্বা-- কবি! লৌমী কৈদোবা।
ভরংখোম্বা নিংথৌবো?
চাউন্নু— ঐনা মুন্না থভিগদো
তাইবং মীগী মাঙ্নবা,
তান্নবা শীন্‌বদা
লাইহৎলোন্‌বু শোন্নকাও
মরৌ মরা তৌহনা
শাওল ঙাওল থাঙ্লবা,
তুবি ময়েক অমুবা
মীগী শলাই য়েক্নদা
মীগী মাঙ্‌ন তান্নবা,
মুৎনমবা পোক্নকপা
ভরংখোম্বা নিংথৌনি,
ভরং ভরং থঙ্‌বনা
নিদে মঙোন্দগীদি।
ভরংখোম্বা— কয়া উশিংথিব্রবা,
মচোম মপাক নাইত্রবা
লৌমী হন্নবনোসে।
কনাদনো হায়রুহে
অরাম থৌরাং কোন্নবা
নঙ্না নিজবিবদে?
চাউন্নু— মপুক পুকচেল চাউরবা,
থৌজাল মুংশি হৈরবা

মৈতৈ-গুম্বা নিংখৌদা।

তরংখোম্বা— মৈতৈ গুম্বা নিংখৌদি
তরংখোম্বা ঐনিনে।

চাউবু— মানি,—নত্তে হায়রদেনে।
মৈতৈ গুম্বা নিংখৌদি
অশোন-অনা উভমদে
লৈভ-লায়রা য়েংভমদে।
চরাম-চভংনবগী
মীকপ খোনস্থু তাভমদে।

তরংখোম্বা— মীকপ্‌ খোনস্থু তাভম্‌দে।
করম ভৌনা তাভম্‌দে?

চাউবু— কাংগৎ পীবা ভমজবা
লাঈর-চুপ্তংনরবা,
চরা ভোয়না হেনবনা
শিগভ্‌ শিরুয়রবা,
শিভমজবা লৌমীবু
কস্নাবিগুম মল্লপা
কপ্পা তাভমদবনা।
কোকোক হেক্তা হাত্তোকপি,
নৌনা অমুক কপ্‌হন্দে।
কয়া থৌজাল হৈগ্রবা
মৈতৈ-গুম্বা নিংখৌনো!

তরংখোম্বা— অচ্চা! লৌমী হপুবা

অতুম ভৌনা হায়রম্দি
নও্‌রু হাংনি থওক্রহে ?
চাউবু— অরাম খৌরাং মৈচাকী
খাওগম্রবা মৈতোন্‌সে
মুংনবগীদমক্তা
হাতোকপিরো হায়রুনা
খৌজাদ হৈবা নিংখোদা
নিজরিবা ঐনিসে !
তরংখোম্বা— শিজরগে অসীরা ?
চাউবু— ইয়া ! এংতবদিনা !
ঐহাক অসে লহায়া
শিজরমদৌবনি ।
মীগী অবা মৈচাকপু
মমীৎ থীংনা য়েংনিংবা
চীংনাংগম্বা লাকপনা
কাংগৎ খীবিথিহুনা
খোঙাক লাইশী শরোয়ম্বা
হাতোকপিদবনিনে ।
তরংখোম্বা— অচ্চা ! কয়াদনোদে ।
ঐবু মাগুম্নস্রু— ।
চাউবু— অরাম মৈচাক খাওগমদ্রে
মুং-পাঙ ওয়ে লাম্বনা !
শরোয়মদি হাৎপিদ্রে

মৈত্তৈ ওয়া থোঙারেক্,
মৈচাক অসী মুৎনবা
ঐবু হান্তোক্পিরোনে।

তরংখোম্বা— নথক্ থোংবা নিংথোম্মা
উশিং থোওইদতুনা
করেম্ কথানরক্‌পি
নমং য়োমি থঙ্‌ত্রহে ?

চাউম্বু — হাংকো থীম্বরগম্বু
অরাম মৈচাক থাঙ্ঙমল্লে।
আত্তো, য়েংউ আদৈসে—
নঙ্‌না হান্তোকপিখিবা,
চাক্কী মরম অমত্তা
পুক্কা তুংখিদরবা,
চরাম চক্তংনরবা
লোমী শিন্মী শিংসিনা
নোংদোমৈমৈ মথাদা
চোরূপ্—চোরূপ্ লেপ্তুনা
মমীৎ-শুক্কা থানা-রেং
থাক্কা থাক্কা হোন-নোক্
মীশীংচাবা মীহাৎপা
নঙ্‌গী পুক্তি চেঙ্‌জেমমু
মথক্তিখতে। য়েংউনে (হে)।

তরংখোম্বা— হা হা হা হা হা।

মুংঙাইদকো চোচ্রোবা।
চাউবু— নহাক করা কুইররোই।
য়েংউ নঙবু কানবা
থোঙুম থোঙারেম্বনা
থুংত্তা য়োংছীং পায়তুনা
মাগী শরোয়শিংবু
শরৌ শীঙিন্নক্লি'সে।
মীমু-থাঙ্ নঙ্ কুইররোই।
তরংথোম্বা— অচ্চা কয়াদনোসে
নহাক শিবা শোইদ্রেকো।
চাউবু— শিজরগে লাকপনি।
ঐনা শিরে হায়রগা
নঙ্গী নশা অদুদা
ভোংজি নমথা থারগা
চরাম চতংনরবা
ঐগী থরায় মঙানা
নঙ্গী ঈছু চুপ্পুনা
অরাম থোয়াং কোক্লনি।
তরংথোম্বা— ঐগী ঈবু নহাক্না
ভোংজি থাদা চিংগনি।
নিংথৌশেনবা কনা লৈ ?
(অমা চেথোরকই)
চংলু, মাবু হৌজিকমক

ঈরাং পুংদা পুন্থনা
ঈরাং চবাল থানবা
মীচ্ছাংশদা শিঙরু ।

( চাউনু কাথবে )

চাউনু— কয়া খোঞ্জাল হৈখ্রবা,
মীনুংশিবু খঙ্‌লবা
তরঙ্‌-পাক্না পাঙ্গবা
তরং মিংথোনোংদোসে ।

( চাউনুবু পুখি )

তরংখোম্বা— হা হা হা হা হা ।
নোক্লিংরেদা শরীশো !

( চংকে তোম্বদা কাঙ্‌জাম্বা লাকই )

কাঙ্‌জাম্বা— অদোন নিংথৌ মোইহৈরেল,
পোইরৈ মপু পুমারেল
লৈদা পক্না নোঙ্গবি ( খুরুম্মী )

তরংখোম্বা— হায়রু তাসি কাঙ্‌জাম্বা ।

কাঙ্‌জাম্বা— অতৈ নত্তে ইনিংথৌ ।
মৈতৈ লৈপাক মীয়াম্না
সনা কোন্থুং তমথুনা
চাক্লি-কিনিজরকপা
ভসি হুম্বি পুরক্লে ।
সনা নোংদম তম্বসি ।

তরংখোম্বা— তুমিন লৈয়ু তানীংদে ।

চুম্নম্হুনা থম্খ্রবা
ঐগী কৌকৈশিংদগী
কৌহাম মচেং অমকাও
লৌথোক খোঙ্তোক য়াররোই।
কাঙ্জাম্বা— কয়া তাল্লি চথোক্কে
ওয়া থোইনা মথাঙিঙ।
কচুক য়েংথি চেন্দ্রবা
তুররিংবা পূকচেম্না
মীত্তা ঈরা চেন্দুনা
নিঙরিবা মীয়াম্মি।
চরী চহুই ভংলবা,
শোরগী ফিবম কায়রবা,
ভোংশা-শদোঙ্ য়াওদ্রবা,
উম্না শরু কুপ্লবা,
চাকৃমি চেন্ন' শাক্তনি।
য়েংহৈহদ্রেদা ইনিংথৌ।
তম্বংথোম্বা— নঙ্সু য়াওনা কাঙ্জাম্বা
নপাচাগী মীচঙ্-চঙ্
ঐবু শোইনাইহনব্রহে?
শাজৈ নম্থা থাহুনা
চৈনা মরীল তক্কুনা
হাজং চাবাশিংহুবু
হোইদোকথিবা য়াব্রহে।

কাণ্ড জাম্বা— 'খুত্তা খুৎলায় পায়ত্রবা
শোরনা ফু :হুক কাম্বদা
তেরা মকোল পাইবগুম
পাইদৌরবশিংসিবু
চৈনা করম থাসিগে।

ভরংখোম্বা— মপুয় কৌরোই য়েংহুনা
চৎকদবা মনাইনি।
নত্রবদি কাণ্ডজাম্বা
নকম ভাদ্না তোকচনি।

কাণ্ড জাম্বা— তৌবদবু ননাইনা
অত্তক হংগচ্চবনি।
সনা খুয়া থাত্তদা
থরায় হকচাং কৎখ্রবা
খুবাক ওন্নু ওন্দৌবা
খুনম ওন্নু ওন্দৌবা
ননাইনিনে ইনিংথৌ
( য়েংথোকখিবদা উরহুনা )
সনা মৌৎয়েং ভাবিসি
স্নথোঙ মরি ভমহুনা
চাক্লি কিনিনবগী
চরাম্নবা মীয়াম্না
থোইবেল মশা পাইবগুম
হোচ্চিল্লরুরিবসে।

তরংখোম্বা— চংদুনা হোইনা ভকথারে।

(কাঙ্লাখা চংখি—মায়াঙ্গ মরিনকী মীয়াম লাওনরকই—অবাংলোমদগী)

লৌমীশিং— তরংখোম্বা লাইমিংথৌ,

ঐখোয় য়াম্না চাক্লাম্রে,

চাননবা চাক পীয়ু।

(তরংখোম্বা মনা য়েঙ্লি—খায়োমদগী লাউরকই)

মীয়াম— মৈতৈ ভম্না ইনিংথৌ,

অয়া তাম্না থাদোইবা,

ফৌয়াম অহু থুমগায়য়ু,

চরা হেনবা লৈপাক্নে,

চাননবা য়েঙ্খোকউ।

চাক্রে, থক্কে, শিংঙ্গরে।

চাননবা চাক পীয়ু।

(য়োংচুপলোমদগী লাউরকই)

মীয়াম— থুমন নিংথৌ তাবরা,

কাংলৎ কাদে কাখিবা,

লোয়না শিন্না থাদোকউ।

অরাপা কৌ থারুদে।

ইচাক, নচাক, ওইখিবা,

কৌগে লোইনা থুমগায়য়ু।

থক্কবনা খোগংনা

চাদ্রবনা চরমথু,

চঙনা শিকয়রবা,

তরংখোম্বা— হায়বিরিবা অসীনি
স্নখোঙ্দা লেপ্লুনা
ঐনা য়েংবা মতমদা
মৈতৈ উবা থোক্ল'দি
নরামঙ্নি থঙঙ্হে।

কাঙ্জাম্বা — মপু সনা নোংদমখোল্
লৈথা তাবা য়াবরা? (চৎখি)

তরংখোম্বা— হা হা হা হা! মৈতৈ!
করি থোকই হায়ত্রুনা
তৌজরবা শারিবা!

(চৎকে ভৌই-মায়কৈ মরিমক্তগী মীয়ামা লাউনরকপা তাবদা খংলেপ লেপ্পী-মপান্দগী লাউরকই)

মী অমনা— লৈপাক মচা পুন্নমক,
হোচ্চিনবিয় হন্নসি।
হোচ্চিংবিয় হন্নসি।

(হায়না মায়কৈ মরিমক্তগী বা বা লাউরকই)

মীয়াম— ঐখোয় লায়ে চাক পীয়ু।
ঐখোও চাত্রে চাক পীয়ু।

(তরং মনা মেন্দুনা থাঙভী-)

কাঙ্জাম্বা— তাওহে মৈতৈ পুন্নমক,
মীকুপসীগী মফুংদা
হন্দোক্চহৌত্রবদি
থাঙগী তাগী মতেঙ্না

ভানবা তারে খঙঙ্ হে।

মীয়াম— হয়োই, ঐখোয় হয়রোই,

পীথ্রি'মথৈ হয়রোই।

মীয়াম অমনা— চাননবা চাক পীয়ু,

চাননবা চাক পীয়ু।

( হায়না মীয়ামা বা বা হোৎচিন্নকপগী মখোল তারী—তয়ং মথা চিক্ না মীৎয়েং হোংদনা থাঙডী )

কাঙ্জাম্বা— হোৎচিন্নু লাম্মীশা,

থীন্দৎলু য়াম্বৎলু

শিজন্নু, তকখায়য়ু'

( হায়না মাইকৈ থুংনা চেন্দুনা কাঙ্জাম্বা লাউরি—লাউর-লাউরদুনা চেনশিন্নক্লিবা মৈতৈশিংবু খ্মন লাম্মীনা ওক্ না )

খুমন লাম্মীশিং— ককউ, থিল্লু, শোইদৎলু।

খুমন লাম্মী থরা অমনা—শিজরো নঙ্ শিজরো।

হা হা হা হা হা।

হা হা হা হা হা।

( হায়না খাক্না খাক্না নোকক্না লাম্মীশিংনা মৈতৈবু নোইহৎপগী মখোল তাবদা তরংখোম্বা হুংখা ফ্ইনা হোন্দুনা মখোল থোকনা ময়া কানা নোক্লি )—

মৈতৈ ময়াম— ঐবু হান্না হাত্তোকউ।

ঐবু হান্না হাত্তোকউ।

( মায়কৈ শীন্না হোচিন্নরক্লি )

কাঙ্জাম্বা— ককউ, থিল্লু তক্খায়য়ু

লাইরেকয়ু লাম্মীশা।

খ়ুমন লাম্মী— শিরোং নঙ্বা শিরোং।
মৈতৈ নীপা— হয়স্সি, চোঙ্শিনসি,
অনোম্বা পুক হায়োঁ,
অকমবনা পুক কংলে।
( মাইকৈ মরিমক্তগী মীয়ায়া )
লায়াথেম্বী— খুমন নিংথৌ চাক পীয়ু।
খাদগী— চরা-ত্রেয়ে চাক পীয়ু।
নোংপোক্তগী— চাবা কংজ্রে চাক পীয়ু।
নোংচুপ্তগী— চাক লায়ে চাক পীয়ু।
পুয়মরা— খুমন নিংথৌ চাক পীয়ু
চাক চারে চাক পীয়ু।
চাক পীয়ু, চাক পীয়ু।
( খ়ুমন লাম্মীনা নোকপগী লাউবগী
খোঙ্গাউ পুয়মক নক্ক্ত্না হোটিন্নরিবা মৈতৈশিংনা
লাউশিল্লকপগী খোঙ্গাউনা অসুম হেঙ্গিল্লক্লবদা
কোয়চেল চেন্দুনা খাঙ্লবা ভরংখোম্বা
খাঙ্বা ওয়ক্ত্রনা মখুৎ অনীনা মকোক
পায়রুনা লৈমায় থক্তা তুপ্খি )।

## অশুবা উৎপা

## তোংজৈ মহ্মীল

মকম—চীংলখী।

মতম্—মুংথিল পোবোপ।

( চীংয়ায়নি—ওকখাক লৈতেম মান্নবা পাক্ত্রবা লম্ অমদা লোংবাং কোৱী মপাল অমা হৌরি—মাসীগী মায়কৈ মরিমক উপাল বাপান্না কুংনা হৌগ্রি—উপাল অসিগী উরুম লাংবা মকমদা থবানা থাজগী খুউদা মোন খাঙ্চনা হীগ্নি )

থাজ— নিংথৌগীদি শজীক্লোয়,
থাজ ঐগী থরায়গী
থবা ভফা য়াই-ওয়বী,
কায়বরা ইবেম্মা ?

থবা—নাংবা থুং'মুক মুংভাইবা
অতৈ লৈতে অতোপ্পা।
ঈংলে থরায় থবাগী
থাজ থম্না নকৃচানা
য়াভাজবা কংবদা।

থাজ— এঃ! মাঙ্লে করম্নো!
থাজ থরায় লোক্লবী,
মায়থোঙ্ থম্বাল নিংথিবী
হুমাং-পুম্চোৎ চোংলেনা।

থবা— থাবল-ঈথিল-ঈপোম্বু
ঈপান্নাংবী থরোদি

হরাও শিংথাই কাবনা
শাখেক অংগোয় হাপ্পদা
পুৎসোৎ চোংবী লীক্লানা।

(চীংনাংঙম্বা লাকই-থাম্মা কৌরকই।)

চীংনাংঙম্বা— মজা 'বুংভো য়োইহৈবা,
খাম্ব সনা শকহেনবা।

খাম্ব— ইপু লাকপিরবরা ?   (হোৎধ্বনি)

চীংনাংঙম্বা— ননাই ইপু লাকচরে।
কোরৌ নোংদোল খাছনা
খাম্ব-থবা অনীনা
চীস্রোক চীন্দীঙ্গনা
চাংগী চীংখাঙ্‌ চোঙনা
ঙামিন্নবা উবদা
ননাই চীংনাংঙম্বগী
পোকপৈ মহৈ য়াঙ্গরে।

খাম্ব— করম ত্তৌরে ত্তাকপিয়ু—
ইরোয় মৈতৈ-পুম্বনা
ঐবু মুংশবিরিব্রা ?

চীংনাংঙম্বা— করি হায়নি য়োইহৈবা
নরোয়শিংনা খাম্ববু
অরাম চাকৌ পান্দমগুম
লায়া চাক্রা ঙাইহৌরি।

খাম্ব— মৈতৈশিংনা খাম্ববু

ঙুংশিবিরি ঙৌজিক কাও
ঙুংতাইঙৈদা তারদা।

চীংনাংঙম্বা— অরাবদি ইবুংঙো
য়েক্ল-খুমন নিংথৌনা
মৈবা কল্লা চিংবদা
কাম্থোক্লকপা মৈরীক্লা
লেপ্কং শিগঙ্নরবা
মৈতৈশিংগী থম্মোরদা
লমজাউ থোক্লা হৌরকপা
থাম্বী মৈঙম চাক্হৌরে।

থাজ— ছায়মু ইপু করম্বা
ভমথিরবা চৈরাক্লা
মৈতৈশিংবু নোংহৌনা
অমুক হাহল্লবগে ?

চীংনাংঙম্বা— ইচীন্সীনা করম্মা
হংগংসিগে য়োইহৈবা।
চরা হেজিল্লকপনা
শদৌ থোংজিল্লক্লবা,
হিংবৈ অমী শাম্লথা
লৌমী জিলীং জিলীংবা
মনিংথৌনি হায়হুনা
চারি-ফিজিল্লবদা

ভমখিরবা মহাক্তী
শাখিরবা থুমনগী
থাজিন্দুনা লাম্নীশিং
ময়ায় কাবা য়াপন্‌বা
শামু লমশা ময়াম্না
চংবি-লাকোন নৈবগুম
নেংথায়-নৈথায়হল্লোরে ।

থাজ— ইপু— !

চীংনাংঙম্বা— কয়া অমা শিহৌরে,
কয়া অমা শোক্‌হৌরে !
অয়াম্বু থাজত্রা !
অশোকপগী নাপত্রা !
নাহে থোম্না নিলহৌরে
নয়ুম মৈতৈ লৈপাক্তি ।

থাজ— তোক্লো ইপু থাঙমত্রে,
অমুক তাবা ঙম্লক্তে ।
ইপুনা মী থোন্নবা
করি করম তৌরবা ?

চীংনাংঙম্বা— ইম্ফাল থুম্নক চঙ্‌লক্লে,
লৌবায় থবাই য়ৌরক্নে
চিংবিনগাই লৈত্রবা
নরোয় মৈতৈ ওইরক্লে ।

মনিংথৌগী মপাল্লী
ল্লাওম্ খাজ-সনানা
লান্দারক্লি তাবদা
নহা অহল খাক্তনা
হৱাও লুতোন কাক্লনা
নত্তেঙ্ পাংননবগী
লোইনা থৌৱাং তৌহৌৱে।

খাজ— ইপু, অহ ওইর'দি
হয়েং খাঙ্বা হংচিংনি
পাথৌ নোংম্নাই অথৌবা
কপ্নোওবগা ঐহাকা
লান্দা-নসি লেপ্পবা।

চীংনাংঙম্বা— নপাথৌদি ওরাঙ্না
মৈতৈ ওম্বা নিংথৌগী
অৱা তাল্লা থাল্লীবা
ফৌগী ছিয়াম ফারগা
লাম্ফেংনবা হৌথৱে। —

খাজ— লাম্ফেংনবা হৌথৱে।

চীংনাংঙম্বা— হায়নহৌই অদুম্না

খাজ— ফরিগীনো পাথৌনা
থানথিবা মুমিত্তে

মুমিৎ ছুম্নি মৈশিন্না
ছয়েল লাম্দাগ্রিবজ ?

চীংনাংঙম্বা— অবা তামা কৌশাবা
মুমিৎ মৈশিন্থিবনা
ওইরম্বা য়াই য়োইথৈবনা।

থাজ— হৌজিক কয়ম তৌগনি। —
খৈনা লাক্লংদোবদি
ছয়েং থাওবা হংচিংনি।
থবায় কিতম্‌সিনদি
নোংলোক নোংতাক লাইমতোল্
কৌরুংবা চীং য়োৎদি
হংচিং কাওবা ওয়রোই।
ঐগী লাম্মীমথৈদি
মকমছুদা থেলহৌরি।

চীংনাংঙম্বা— মজা 'বেম্মা থবাবু
সনা হকচাং ঊবরা ?

থাজ— চাদ-থক মৈচাক্লে,
কোরৌ মৈশা লাংবনে
মথোঙ্ থাংবা থোক্তনা
নাহে তানুগ্রে 'অতবা।

চীংনাংঙম্বা— ( থবাদা ) মজা 'বেম্মা কাক্লাই-ও,
থবা তম্ফা লমারু

ননাই ঐপু লাকচরে
তাকপিহুবা অশাম্বা ?
থবা — ইশায় কোয়া মিজগে।
হৌজিক হৌজিকীদিনে
ঐগী 'বুঙো থাজবু
য়াইকএবা শিনথিয়ু।
চীংনাংগুম্বা— মজা 'বুংঙো য়োইহৈবা,
তাকপিদোবা ভাকপিয়ো
পাত্ত খোকচগে ননাই ঐ
থাজ— চানুখি'রদি ইপুনা
থাগী লোক্তপ ফাওহুনা
চীংবী অসি লানুবিখ্রো।
থায়দা লমথৈ ভাক্লিবা
লাম্মীশিংবু নাকোইনা
ফোয়ংবাচীং য়োবিখ্রো।
চীংনাংগুম্বা— লৈ-দা ভাহৈদরবা
সনা মোংদম খোয়িদো।
থাজ— লাম্মীশিংহু পুহুনা
অহীং ঙুংথিল থাক্তনা
তম্পাক তল্লা তক্থরক্
হংচিৎ খুমিৎ খুংবদা
ইম্ফাল 'য়োবা ওয়'দি

মুঙাইশ্রনিদা নত্তনা।

চীংনাংঙম্বা— ননাই হোংনজরকে।
ইবুংঙোনা কমদোবা ?

থাজ— ঐদি মকম সীরাইদা
ঙাইজরমগে ইপুবু।

চীংনাংঙম্বা— করে অদু ওইর'দি
ননাই ইপু চচ্চরে।

থাজ— করে ইপু লেংবিরে।। (চীংনাংঙম্বা চংখি)
ইচীক ছনবী অহীংদা
থাবল্লাংনা থোক্চবী
থারৈবাকী থবা-ও।
কোয়ৌ মৈশা লাংবনা
নোংচুপ চীংয়াঙ্ লান্‌ঙম্‌দা
মালেম থক্তা কেল্লবোই।

থবা— থাজ নাক্তা লৈরিঙৈ
থোক্পা পানবা, কেন্‌বদি
অমত্তনি থবাদা।
অছুবুনে য়োইহৈবা,
থোরাংবনা ননাইদি
মুং-পাল ওল্লে করয়ো।

থাজ— চংসি 'বেম্মা হৌগংলো
ঊশিং থোংবু খিরুশি।

থবা— ননাই ওমত্রে ইবুংঙো,
থনাউ থ্রুক থ্রুক কংথরে।
ঈশিং থক্তুরবদি
শিবা তারে থবাদি।
লেঙ্লো পম্ববিরম্ন
ঈশিং থিত্তা শোকপিরু।
থাজ – শানা কৈনা থম্নবা
চৌংথী শক্লু উমংদা
করম তৌনা নতোমতা
থাদোক্লম্নু হায়বগে?
থবা— থরায়গীদি থরায়-ও
ননাই থবা ওমত্রেনে।
(হায়দুনা মমীত্তা ঈরা চেন্দুনা থাজবু তিঙক তিঙক য়েংই)
থাজ— থবা, থাজ–সনাগী
থরায়দগী হেন্নবী
পাম্মু-মুংশি রাম্বনা
মিত্তা মিতা য়েংজবী,
থাঙ্লমথোকো ইবেম্মা।
ঈশিং থিরুথিগে ঐ।
(মকি লৌথোক্লা মোন থাঙ্হজি)
থবা— লেঙ্লো, চিঠৈ লেঙ্লকউ।
ঈশিং থক্তুবদি ঐ
শিবা তারে ইবুংঙো।

থাজ— ( হৌগত্‌লা ) উমং অসি কোল্লিবী,

ইমা লৈমা লম্লৈমা,

নভম্বাক্তা মহাকী

শেনবিনভাই লৈত্রবী

ঐগী থবা থম্লম্লে ।

নথাম্লুংদা কোন্দুনা

চেৎনা থম্বিরম্মুকো ।

( চৎথি—ভাইতাক লৈরগা নারক্কী শুগ্রিক ফাওদোক্লকই থবাবু য়েংলম্লগা চেনথি—থবা শুগ্রিকপু হাইফেৎ উহৌরদুনা )

থবা— হৌজিককীদো কনানো !

মীহাৎপরা ইপাগী !

থল্লায়গীদি ইবুংঙো

থাজ-সনা শকহেনবা,

ননাই ঈশিং খোল্লাংজ্রে ।

নঙ্গী মায়থোঙ্ থম্বানবু

খোরাংবগী মৈচাক্লা

ঈশিংদৈস্ত হেন্থরে ।

লাকপিরোবা ইবুংঙো !

( নারক নমহুনা লাকপগী প্রোক প্রোক লাউবা মখোল তাম্লক্লে )

শোইজ্রে, ঐগী ইপাগী

মীহাৎপশিং য়োরক্লে ।

চীংগী ইমা চীংলৈমা,

লমগী লৈমা লম্লৈমা,

নম্বা কাখোকপিহুনা
লাইবকথিবী মুঙ্গাবু
ইম', য়োংশিনবিরোবা'
( মীয়ামগী মীশক উৱক্লে )
মতম নত্রে কপ্পগী
হিংনবগী য়েংলাস ।
গুপ্রিক— ভো ভো আদা লৈরেসে !
মীয়াম— ফারো ফারো, হোচ্চিলু ।
( নোংখোম্বনচিংবা ময়াম হোচ্চিল্লকই )
নোংখোম্বা— থবা-তম্ফা সনাম্ন
থাদোয়, থথা য়াত্রবী,
থরায় থাবা তারেদো ।
থবা— উন্‌বান্‌ থাগী থামৈদা
কুম্‌দম নোংখোংলক্লিবা,
নোংদোল শঙ্গায় শাবা ও,
পিশক-পীক্লিভৈদগী
ঐবু নিংখিরক্লবা
নোংখোম্বরা নহাকপো ?
নোংখোম্বা— মানি, নোংখোম্বনি ঐ ।
( হোচ্চিন্দুনা চিংখৎকে ভোই )
থবা— শোকপিখিম্নু ঐহাকপু ।
ঐদি মুগী ওইবগী
ইকায়-খজোই লাংজরি

হুমিং থাবু উহৈস্ত্রি।

( যীয়ায়া পূমকোই কোয়শিল্লক্লে )

ইপায় মনাই ইবুংশা

ঈশিং খিস্তা পীথকউ

খোরাংবনা শিদোরে।

নোংখোম্বা— থীয়ে, লাম্বী ঈশিংগা

ভরা নোইনিং-চয়োমগা।

( চিঙ্গাক পুবা লাম্বীনা পুশিল্লকই— থবা উত্তোংদগী ঈশিং থকই )

নোংখোম্বগী থবাবু

অস্থুক য়ানা থম্লম্বা

কদায় থবা থাজদে ?

চীংনাংগুম্বা কৈদা লৈ

থাদোক্লকউ মখোয়বু।

থবা— মখোয় লমদম তাম্থরে।

নোংখোম্বা— তামদনিংগাই করি লৈ।

কুম্দম্ নোংখোং তাবদা

থুক্কনিঙ্গাই করি লৈ

কোয়ৌ থকৌ থাজনা।

নোংদোল শীয়া মংলথা

মুশিন মুবা নোংলক্তা

থাজ মানা কয়য়া

মশেক মতাল নাইহুনা

মশক উৎপা গুমগনি।

চৎলু নখোয় ভয়াথক
থাজ চীংনাং কারগা
শ্রো শ্রো লাল্লা চিংলকউ।

থবা-- নত্তে নত্তে ইবুংশা
মথোয় লম্‌দম্‌ তাম্থরে,
কৈন্দ্র খিবা কংলরোই।

নোংথোম্বা— চৎলু ঐগী য়াথংনি
কাদ কদে কারুচো।

(গুগ্রিকনচিংবা নীপা তরা চৎখি)

থবা— লাইবকথীবী ঐহাকপু
নীংবি-মুংশিবিরবা,
খিরক্‌পদা থবাবু
য়াল্লা য়্যারবিগনি।
মালং ইচীক লাংতুনা
ভাইহাক পোথাবিগল্পা

নোংথোম্বা— থরায় লোকপী থবা-ও,
নঙগী মায়থোঙ্‌ উবদা
অল্লা অশাউ পুম্নমক্‌
লোইনা পুমকোক কোকথরে।
ভাইহাক কম্মিরতুনা
পাম্মু-মুংশি য়্যারীতুম
মতেক 'মতং শাদোক্লসি।

( মনাক্তা কমগে তৌই—থবা থম্না হন্দোরুগা )

থবা— শোক্ন-য়াত্রি হায়রগা
মাইদা ঐদি, ইকায়বৈ।

( মীৎতা তৌনা নোকফেৎ তৌহুনা মমায় থিৎতং লৈথোকই )

নোংথোম্বা— হোয়নে হোয়নে চুম্মিনে
ইকাও কাওথোক্লুরেদা।
থরায় লোকপী, মীচ্চূরী
শক্তম অহু উবদা
হেলোয়নদি কাবগুম
ঐসে পূম্বুম-গুম্বংগ্রে।

থবা— পামেল উথা অসীদা
পোম্থাবিয় তাইহাক্তং। ( কৌহুনা )
ইপায় মনাই ইবুংশা
পোম্থাজরু নথোয়স্নু।

নোংথোম্বা— নবেম্মগী য়াথংনি,
চংলু, উরুম-য়ারুমদা
পোম্থাজরু নথোয়স্নু।

মক্রিক— পাওনা পাওনা ইমীৎসে
অম্বোল চল্লে কয়ল্লো!
ইচীন ইথা ইথৈ-থৈ
নোংমাংথাগী ময়াকপু
থুম্লেদকো থোইহিমুক।

নোংথোম্বা— কুইনা তুম্লকবনা
নচীন-নথা থৈবনি

তুমখোক্লগা ফগনি।
মক্রিক— হোইনে হোইনে ইবুংঙো,
মুংশা শানা মম্লেনে।
( চংখি—নোংখোম্বা উদা ঙাহুনা কমথখি )
থবা— পোখ্খাবিসি, থাপুক্লা
ফিজৌসীনা ননাওনা
মালং ইচৌক থেম্জগে।

( থাপুক্লা লেপ্ত্না ফিজৌনা হুমাই হুম্মি—থবা ইশৈ শক্লকই—জগোয় শারকই )

## ইশৈ

কোরৌদনা কোন্দৈবা,
হুমিদাংদা কোন্শেন্বা ;
মুমগী চেক্লা মৈপোঙ্বা
নোংপোক লোক্তা চাক্লাবা
ইহুং পুংগোয় লাক্পদা
কন্তাওনরে চেক্লাচা,
মম্না হা হা কাহুনা
কোন্গী কোহোং হাংলরে।
পোল্দা য়োকপী মৈচোনবী
হাদা পোম্বী তুবোনবী ;
মমাল 'চাবু তরায়া
অপাক্কমদা তোংহল্লে।

য়েৎকা ওয়গা পায়োইনা
তুফাং তুফাং য়ৈননা
পাম্মু চইন্ তয়বা
মুজানদি কয়কই।

নোংখোম্বা— মুজানদি কয়কই,
পাথঙ্নদি মিহৌই।

( ফুক হৌগৎলকই—থবা মতুং ওম্বোক্লগা মোমোন নোক্ত্না নোংখোম্ববু মীচ্চিনা য়েংই—মখুৎনা ফিমুংদগী হৈত্রাং শৎলি )

নোংখোম্বা— কয়ক মিহৌ কোক্লসি,
লাওনে থবা ভাজরো
নোংখোম্বগী ইথাদা।

( মখুৎ তিংথোক্ত্না হোচ্চিন্নকই—কোনশিনগে হেক তৌবামক্তদা থবা হুৎ লৈশিন্নক্ত্না )

থবা— থানি নঙ্গী নথাদা
থবা ঐনা হৈত্রাঙ্না।

( হায়রুনা নোংখোম্বগী থবাক্তা হৈত্রাঙ্না থুম্না থিন্নগা নারক্তা চেনশিনখি নোংখোম্বা লাউনা খোংনা হায়থখি—মাগী মীরাও তাবদা )

মক্রিক— কাও-কাও, মীহাৎপীসে কাও।
( হায়রুনা ময়ান্না তান্নখি )

## ৪শুবা উৎপা

### মতম—অয়ুক চাক্‌চামাঙ্‌

### মকম লমদোন

(খুমন নিংথৌদা চাক্লি-ফিনিজরুবদা লাম্মৌশিংনা তকৃথায়ররুবা অশোক অপন, অশোন অনা কয়া অমা মকম অসীদা লৈদুনা লৈরি—মকম অসী ভাবা লম্বেল অমদা লৈয়োন ঈশিং-পুল অমা পুদুনা ইশৈ শক্লা শক্লা লাকই—অচৎ অওক কয়া কয়ানা মমীত্তা মপি তানা চপ্‌-চপ্‌ লেপ্পুনা মাগী ইশৈ তারি ;

ইশৈ

হৌরসি মৈতৈশা
চঙ্‌লসি লানফমদা।

১

য়েরুবা য়োংছিংগী খোঙ্‌জিবু খোল্লিবী,
পারৌগী মিপাই-ন মমোমগী মিকা-ন
মম্নবা কৈশুমদা অরাবা থাঙ্‌লিবী
মৈতৈদি লৈমগী লম্মনবু খুম্নসি।

২

ইমাগীদমক্তা পোম্বিনা য়াকায়রি
মালঙ্‌না তেংথারি নোংথোংনা রারক্লি।
থারবা য়েরুম-হু খোইছিনি থকুনা
ইরাঙ্‌দা চুরবা মৈতৈদি মীৎকপ্পু।

৩

মায়বা লিংজেয়া তিম্নবা খোজেয়া
লাউরসি হৌগৎলো "মৈতৈনা য়াইকরে"।
অপুনবা পাজয়া য়েক্লবা তানুথায়সি
য়াইকরেন পোক্লবী লৈপাক্লি থভ্ হনসি

অপুনবা চাং ভয়া
মৈতৈবু শারসি।

( লৈয়োন য়ৌরক্লে— অশোন অনা পুম্নমক মকোক কাঙখত্ না )

১নবা— লাইরেম্বীরা নত্রগা
নঙ্বু মৈতৈ লৈমরা।
লাউনে চাক্ল-লনকুবী,
কৈনো থিস্তা পীজরো।
লাম্বনা ঐ শিদোরে।

২শুবা— থৌজাল ৈেবী কনানে!
চরাম্ চভংনবনা
ঐবু শদো থোংলেনে
লাউনে, থিস্তা পীজোনে।

৩শুবা— চাদবনা শিদোরে,
চাক থজিক্তা পীজোবা,
চাক থজিক্তা পীজোবা।

( অসুয়া "ঐ চাক লায়ে চাক পীজো" হায়বনা অমুক্তোইনা পুম্নিন নিনথরে )

লৈয়োন— ইপা ইপন পুম্নমক।
ঐবু করি ওইরোগে —

মীয়াম— ঙাঙ্ বৈ মতম নত্তʼর,
কৈনো খিত্তা পীজরো।
খিত্তা চাগে কৈদোʼগে।
লৈয়োন্— ঐনা পুর্জারিবসে
চাক নত্তেনে ঈশিংনি।
১নবা— থক্কে হৈরো, ঈশিংদো!
২শুবা— ঐস্তু থাক্ক ঈশিংদো।

("ঐহাক্কীস্থ হৈরোলাও, ঐহাক্কীস্থ হৈরো লাও" হায়দুনা মচৌয়াম্বা মথুং য়ানরি— লৈয়োন্না চঙ্শিন্দুনা হৈ— চ্পচ্প খক্ই—থবা কাইনবগী ঙাওরবা থ ভকনা ল'কই —লৈয়োনবু উবদা থবা ওইরবোই নিংহুনা)

থাজ— থবা! থবা! ঐ লাক্লে

(হায়না চেনশিল্লক্লুনা লৈয়োনগী পাম্বোম মক্ল অনী পায়হুনা মমাঙ্দা চিংশিল্লগা)

থবা—!

(হায়না মুম্না য়েংই— লৈয়োনগা মীচ্চানৈ —লৈয়োন থাজগী মথুং কপ্পগা)

লৈয়োন— থবা—! (হা হা নোকই)
থাজ— হায়রু শক্চুনদবী,
ঐগী থবা কৈদা লৈ?
লৈয়োন— নঙ্গী থবা হৎলিবা;
হায়রু অহু ওইরʼদি
নহাক মৈতৈ নিংথোগী
মজা 'বুঙো থাজবা?

থাজ— মানি, ঐহাক থাজনি ।
ইথং্মোয়দা থম্জবী,
ইথরায়দা থাজ্রবী,
থয়া নকপী থবাবু
মাঙ্খিবনা ঙাওরবা
য়াঙ্ম থাজসনানি ।
নৈয়োন— করিস্ুস্ু নৈত্রবী
মুপীচাগীদমক্তা
অঙ'ও-লাইচুনরবা !
অচ্চা ! পাঙ্দ-অয়স্বা ।
থাজ— ইয়া ! ঙাওত্রঙ্-ফৈত্রঙ্বী'
মতোয়নরা অপঙ্বী !
ফজবনা ইলপাক্কী
মুংশিবনা ঐঙগী
অসী থঙ্দে অঙাওবী !
নৈয়োন— অতুনবু নহাকপু
থোৗথঙ্ত্রবা থোৗদাংকোক্,
চয়ত্রবা চোচেংবা,
চরাঙ্নবা চরংথন্
কৌরিবনি ঐহাক্কা ।
থাজ— থাজসনা শকহেন্বো ?
নৈয়োন্— উম্ ! মানি নঙ্বুনি ।
থাজ— করিগীনো অহুদে ?

লৈয়োন— করিগীব্ ওইগনি,
সনা ঈগী লেমজবা
ইকাইথুম্না ভাক্লুনা
নথৌ পাংথোক্কবগী ।
খঙ্লবরা থৌদাংকোক ?
থাজ— থৌগল-লোনচৎ খঙ্ব্রবী
থক্সি খাসি নাইদনা
অতুক নানা হায়ব্রহে ।
লৈয়োন— নঙ্গী নরম্চত্তুনা
ইকায়-খুম্না উৎনীংদে ।
থাজ— ঐগী করি লমচৎমো,
ঐগী করি হৌথোনো,
হায়য়ু অতু নত্র'দি—
লৈয়োন— মুপী'মগীদমক্তা
নরৈবাক্তা মীয়াম্বু
অশি-থোঙ্দা লংশিনবা ।
থাজ— হায়য়ু, হায়খো তাথিসি ।
লৈয়োন— নপা নিংথৌ হাত্তুনা
থাজ, নথুবাক্তগী
মৈতৈ সনা লৈপাক্তা
কঙ্গাল কমলেন মুনখিবা ।
থাজ— করি লৈরি হায়খথো ।
লৈয়োন— অসী খিবিক অসাবু

নঙ্গী লিচং শাজংবা
শারংথোকী ওইবনা,
পাঙ্দা-অয়ম্ববনা
নথৌ পাঙথম্দনুবা
থোকহল্লিবা নত্রদো।

থাজ— অচ্চা। চোইত্রং পাত্রংবী।

লৈয়োন— নত্তে হায়গে হায়বরা ?

থাজ— হা হা হা হ হা।
রাথঙ্দবী নঙ্ থঙ্ত্রি —
ইপায় লম্মল খুম্ববা
ভরংথোম্বা নিংথৌবু
মেনগী কম্বাল থক্তগী
মশ্ম পায়না চিংথ্গা
হাংকে শরী শোল্লিবা
থাজ সনা ঐনিনে।

লৈয়োন— হা হা হা হা হা।
নকরাঙ্দা নথুংলোং
রাথন্নদি নোংদোল-পক্
মঙ্দা মঙ্া ভানবনা
থাজ কৈস্নু কায়রোই।
চীন্পা খুংকা মায়না
থবক পান্নরবতদা
থঙ্দোবনি ওই-ওইদে।

থাজ— অচ্চা! পঙ্না চীনগনবী,
পামজৈ, ফজৈ, ঐহাক্তী
ওইজনিঙঙী হায়রুনা
মুমিৎ থাবু ইখুৎনা
পাক চেক লাম্বা ফংত্রহে!

লৈয়োন— নঙীক নপা চাদবা
ওয়োইদবা থবক্তি
কৈদৌনবা থম্মুরি।
য়েংউ থাজ নহাক্না
মঙীক চাদ মক্তনা
মৈতৈ নপাচাশিংনা
অরা পন্দোম্লোম্মিসে।

থাজ— ঐবু ইঙীক্ চাদবা?

লৈয়োন— য়ায়েল পায়বা মপুগী
ফোগৈ চোমথিবনা
মাগী মরৌ লৌফমদা
মচাক্ থোকই চাক্-চাদ,
মশেল লৈনা চেঙ-ফংদ
য়ুমথোঙ য়ুমথোঙ্ খুদিঙ্দা
লম্যেল লমথাঙ্ থাক্তনা
চরা তোয়না হেন্নবা
নঙী নপাচাশিংনা

মপূক পাম্বর-পাম্বরগা
তোপ্‌তোপ্‌ তুম্‌ শিন্নিবা।
থাজ— য়াথঙ্‌লবী ইবেম্মা,
তোক্লো মথা তারম্মু।
লৈয়োন— য়েংউ থাজ, য়েংউনে—
লৈপাকোদি ওইনফম্‌
মনিংথৌনি থন্দুনা
চারিজরুবদনে
তমথিরবা, শাথিবা
লাম্মী থাজিন্নকুনা
থাঙ্‌না তানা থিন্দুনা
চাদ-চত্তৎনরবা
নঙ্গী মৈত্তে কয়াবু
নোইহৎ নোইহৎ হাত্তোকখ্রে।
থাজ— নোইহৎ নোইহৎ হাৎখ্রবা!
লৈয়োন— থাঙ্‌না তানা শোক্রবা,
শিবমক্তি শিত্রিবা
শিরুম্নবা কয়াবু
'সিদা শিহন্নবগী
পৈররিবা মীয়ামসে,
নমীৎ শুক্না থানা য়েং
ননা অহু থীৎনা তাও—
চাদবনা থুরবা,

থকুবনা ফুঁয়বা
খৌরি চরমসিদগী
থাঙী চৈনা থাঙ্বদা
ফুন্না ফুদোক্লক্লিবা
শদৌ খোংবা নাহৈখোল

থাজ— ওক্লে, তোক্লো ইবেম্মা,
অমুক ভাবা ভম্জগ্রে ।

লৈয়োন— কালেন থাগী মুংশানা
চাকথেক্লবী মালেম্মা
কুমগী নোংজু ভাইবগুম,
মুশিন্ মুবা লৈচিম্মা
লৈরোন থানা কুপ্খ্রবা
মালেম ভান্বা থাজবু
মুংশাউরবী নোংইম্মা
মুংনাং মুংনাং য়েংবগুম
নহাকপুদা ভাইহুনা
য়েংনদ্রুতা লৈরগা
পঞ্জিরবা মতমদা
পন্দোম্লোম্মা নহাক্লা
থবায়দমক ভাঁওবদি
ফরে ভাওরো অভাঁওবা
মঙাও থীনা ভাওথৎলো ।
নঙ্গী নহাক থকুগী

মুংখ্রসনু মৈতৈ-ঈ।

থাজ— নুপীমচা ঐ লাক্লে
ঐবু নঙ্না ঙাকপিয়ু।

লৈয়োন— চৎলু অদু ওইর'দি
লাক্পা চীংনাংঙম্বনা
হোয়রক্লিবা লানসিদা
নীপা থোদাং য়াত্নুনা
নশায় নঙম্ পাঙ্লুচো।

থাজ— চীংনাংঙম্বা লাক্পনা
থুমন লান্দারক্লবা।

লৈয়োন— হৌজিক কয়া থেংনরি
নোংচুপ হায়ম পাংবদা।
মুপীমচা ঐঙন্সু
মফম থুদিং চত্লুনা
থোঙ্মী লাম্মী থোয়্নপা
লানফম ভাল্লা থাজিল্লি।
চৎলু নঙ্সু য়াওরুচো
নরৈবাকীদমক্লি
থরায় হুকচাং কৎলুচো।

থাজ— চুস্লি, ঙসি'সীমক্লি
কোয়ুং পায়গে হায়ত্নুনা
ঐনা য়াশকুথিবদো। (লৈয়োন্দা)
মুপীমচা, ঐহাকসু

অচম্বনি থম্মু ।
য়েংজো, ঐগী হৃকচাংগী
কয়াৎ খুদিং শীল্লিবা
শিংলি পাকন শীম্বুনা
চেল্লি ভণ্ডাং-ভশেংবা
মৈতৈ ঐগী সন-ঙ্গী ।
মিহুল পুংলোল থংলিবা
নুদা-ভোংদা-থম্মোয়্দা
পক্লি-ভাক্তাক্লাউরবা
মতিঙ-লিংজেল মৈতৈগী ।
পম্বদনা হোজিকমক
মৈতৈ কোম্মুং পাংলনি ।
শরাও-লাল্লাউ লাউহুনা
ভরংখোম্বা নিংথৌবু
লাম্ফেংনসি শিঙ্লুনি ।
শৈয়োন— মঙ্গা'বুংঙো য়োইহেনবা,
থৌগল-লোনচৎ কাইথরে
লোমীচানি থম্মুনা
ঙাকপিয়ুকো ননাইবু ।
মীয়াম্মা— হাদা মচা ইবুংঙো,
থাজ সনা শকহেনবা
ননাই ঐথোয় য়ারেদা ।
থাজ— ইপা ইপল পুম্নমক,

অমুক য়ারিবগ্রম্ম,
অম্মুক কুইবা মতমসে
থানা কুংনা মংলকপা
মুশিন মুবা নোংছৌনা
থাজ ঐবু কুমম্মী।
ওসি কৌবা নোংদাদ
মুংশি চাউবী অমগী
মুংশা শোরনা কাম্বদা
ভাকখ্রে, শামখ্রে, মুৎথরে
মংলম্বা নোং পুম্নমক।
তরু-তরু শংবাম্মী
নোংদোল থক্কে থাজুনা
মশেক্ মঙাল পুত্থনা
তরং-তরং থোরক্লে।
ঐথোয় থ্বাইগী অপুনবা
থোম্লাও ছৌনা লাউচুনা
হায়সি "মৈতৈ লৈমনা"—
ময়াম— "য়াইফরে"।
থাজ— লাওসি "মৈতৈ পোকপীরা"
ময়াম— "য়াইফরে"। ( লাউনা ল্যাইনা থারম্মল্লু চেনখি )
লৈরোন – "থাজসুনা শরুহেম্ম্য"
ময়াম— "য়াইফরে"।
( অতা অও মৈতৈ পুম্নমক মতুং ইন্না চেন্নখি )

৫ শুবা উৎপা

# মৈতৈ কোন্নুং

মকম— শঙ্গায় মাংগোল

মতম— মুমিং মুংবা মতম

( তরংখোম্বা নিংথৌ মনাইশিংনা খৌগল তৌদুনা ভাঙ্‌না ভাঙ্‌না লাকই )

তরংখোম্বা— অমত্তমু নত্তুনা
মায়কৈ অনীমক্তগী
হুয়েল লাহৌরক্লবা।
নোংচুপলোমদা মৈতৈগী
খারোমদনা খুমনগী,
কাগুপ চপ্‌শিল্লক্‌না
তরংখোম্বা নিংথৌবু
কাগে ভেম্‌শিঙ্‌লক্লবা।
ইথৌ'বুংভো শরাং লাই,
লান্‌কম্‌ অনীসাদদি
ভম্‌হনবিয়ু নগুবু।
সনায় শঙ্গায় কত্তুনা
শারম ভারম চাক্কনা
থোয়ুম শরেল চক্লগে। ( খুমন লাম্মী অমা চেক্লকই )

লাম্মী— ( খুরুমগা ) ঐবু লোইবা লৈমাবা
অদোন নিংথৌ য়োইহৈবা,
নশানৌগী লানকয়সে।

থাঙ্বা ঙমশিল্লক্নে।
ইনিংথৌগী থৌরবা,
অথল্লবা লাম্মীশিং
লোইনা তোরা তুহৌরে।

ভরংথোম্বা— ঐগী অথল্লরবা,
য়োক্খত্তুনা থল্লবা
লাম্মীশিংবু হাংখ্রবা।

লাম্মী— শরুক মরি থোক্লগা
অহুমথক্তি তুম্হৌরে।
অমুক পম্বিরমু
অরৈবা মী মথৈদি
থাবিরক্লো হায়রুনা
ননাই লাম্লোইহন্‌বনা
হংগৎলকই ইনিংথৌ।
থিত্তং কুইথরবদি
কোম্নুং পারশিন্‌থিবনা
হাল্লগত্রা লৈমাবা।

ভরংথোম্বা— চৎলু লাম্মী থীল্লমু
মৈতৈ কোম্নুং ঙাক্লবা
অথল্লনা থম্লিবা
লাম্মীশিংন্থু পুজেমখ্রো।

লাম্মী —নোংদম থোল্লি ইনিংথৌ। ( চৎখি )

ভরংথোম্বা—মৈতৈ থুমন অনীনা

লোয়া লৌতু-নয়ুনা
তরংখোম্বা নিংথৌবু
মাঙ্ হন্নবা শীন্নবা।
হা হা হা হা হা।
কনায় করি মতীক লৈ।
মীংকুপ 'বগী মমুংদা
ঐগী ইত্তেং পাংনবা
থাম্রঙ ভেঙ্গোন লান্নি।
থঙ্গনিদো হন্দক্তি
মৈত্তৈ খূমন অনীগী
মরু নুংদা তক্কেদো।

( কাঙ্জাম্বা তফিং তংফং লাকই )

কাঙ্জাম্বা—মপু 'বুংঙো য়াইফবা,
নোঙ্গরিয়ে ইনিংথৌ। ( খুরুম্নী )

তরংখোম্বা—হায়যু তাসি কাঙ্জাম্বা।
নঙ্গী লানলোঙ্ কমদৌরি?

কাঙ্জাম্বা—লোইরে তুম্লে ইনিংথৌ।
অথন্নবা লাম্মীশিং
অমা কাওবা হিংথিজ্রে।

তরংখোম্বা—করি হায়বা কাঙ্জাম্বা।
ঐগী অথন্নবা
লাম্মী পূম্বা তুম্নবা।

কাঙ্জাম্বা—লোইনা তুমখ্রে ইনিংথৌ।

মৈতৈ লাম্মী মথৈমা
চীংনাংগুম্বা উবদা
শম্জি থাইদনা চেন্শিনম্লে।
মাগী মীচঙ্ ওইশিনখ্রে!
তরংথোম্বা— মাগী মীচঙ্ ওইশিনখ্রে!
লৌনম চাউবা মৈতৈনি,
মীচঙ্ চঙ্বা মঙ্গী
মপা নাৎনি মপুনা!
কাওজাম্বা— ওম্ভোকপগী মীয়ামশি,
য়াম্থরেদা ইনিংথৌ।
মৈতৈ হায়না থোন্দুনা
চীংমী তাম্মী পুন্শিনখ্রে।
ঈপোম লাংবী লৌতাক্লা
মালং শাফু ফংবদা
কল্লা ঈথক হৌবগুম
হৌরক্হোরে মৈতৈনা
সনা কোম্লুং তমদুনা।
তরংথোম্বা— চীংমী তম্মী পুন্দুনা
মৈতৈ হায়না থোনখ্রবা!
কাও্জাম্বা— মৈতৈ লাক্লে তাবদা
থুঙং থুদিংমক্কী
নহা অহল থাক্তনা
য়াইক থোম্লাউ লাউহুনা

লোইনা কুজিন্নছোরে।
মৈতৈ কোন্নুং তান্নবা
কাইথোক্লুনা থম্লিবা
লাম্মীশিংসে ইনিংথৌ
পীনবিয়ো ননাইদা।
নত্রবদি লৈমাবা
পুংজা 'মগী মন্নুংদা
কোন্নুং য়ৌরক্লগনি।

( অবাদা থাখিবা ভরংথোম্বগী মনাই চেনশিন্নকই থুক্লম্মী )

মনাই— অদোন্ নিংথৌ পুমারেল,
নশানোগী মীশিংনা
লম্বেল পুম্বা থিংথরে,
অন্না য়ৌবা ঙমদরে
করম্নোনে ইনিংথৌ।

ভরংথোম্বা— অন্না য়ৌবা ঙমত্রবা!
থাত্রগু, তেংগোল লাক্লুবা। ( থঙ্গানৈ )

কাওজাম্বা— করি তৌজৌ হায়বগে
সনা নোংদম্ ভম্বিয়ো!

ভরংথোম্বা— ঐবু থাম্মু কাওজাম্বা।

কাওজাম্বা-- থাদোকচরোই ইনিংথৌ।

ভরংথোম্বা— লৌথ্রসন্নু ইনাওনা
ঐগী থুমন ইরৈবাক,
থিংদফদে মৈতৈদি।

চৎলু নহাক চত্তুনা
কম্বোঙবগী লানফমদা
হৌজিক হৌজিক থাথিবা
লাম্মীশিংহু থাম্নগা
মৈতৈ লানবা পাক্লচো।

মনাই— নোংদমখোম্মি লৈমাবা।
( চৎথি—মায়কৈ অময়োমদগী মক্রিক লাকই )
মক্রিক— নোঙ্করিয়ে ইনিংথৌ। ( থুকম্মী )
তরংথোম্বা— হায়য়ু মক্রিক কমদৌরে ?
নোংথোম্বদি কদায়নো ?
মক্রিক— নোংথোম্বদি নোংগাখ্রে।
তরংথোম্বা— করি মক্রিক কৈদৌবা !
মক্রিক— মথবাক্তা থবানা
থাঙনা থুম্না থিন্দুনা
থাখ্রে থোঙাক-য়োনবা
লাল্লোইহনবা নোংথোম্বা।
তরংথোম্বা— ইচাম্নুপী থবানা
নোংথোম্ববু হাৎলবা !
হায়য়ু মতুং তাবদে ?
মক্রিক— মথোয় 'মতা পুল্লমদে
ফাননবা লাম্মী থায়।
পাথৌ 'বুংঙো মুংশিবা
"শুগ্রিকপদো থাজনা

শুদং শুদং সুংপাক্তা
শুজিন্দুনা হাস্তোকগ্রে”
চেনক্তুনা হিংলকপা
অমথন্না পাউদন্নৈ।
পাথৌ শুগ্রিক, সুংশিদা।

ভরংথোম্বা— কনা ’মত্তা ফারক্তে ?

মক্রিক— নমোম নচা ইবেম্মা
থবাবুদি ফারকই।
( ঈহুন পী থবা পুশিনকই—পুনবা লোথোকই )

ভরংথোম্বা— চংলু নথোয় পুমক
কোম্নুং কম্না ভাক্লুচো। ( ময়াম চংথি )
হায় ! হায়বা ইন্দবী।
ভরা থোক্লা কংভম্বা
নপুরোইবৈদমক্তা
অমদগী হেন্নবা
নপা ঐবু হাংপ্রহে ?

থবা— অমদগী হেন্নবা
ইপাগুম্না অপোকপা
ঐগী ইপুরোইবস্নু
অমদগী হেলহৈদে,
ভাকপিবদায় পস্থোনা।

ভরংথোম্বা— নঙগী নপুরোইবদি
ভরা থোক্লা থনবা য়াই,

থনৃবা য়াদে নপাদি
অপোকপা মা নত্তনা
হায়বনিনে চীঙ্খীবী ।

থবা— অহুবুনে অপোকপা,
মশেক মঙাল নাইরবা
তোমথিন ঙানবা থাজবু
থবা ঐনা থজনা
ভগুপ ভয়েঙ্ ঙাল্লিবা
থরাম্মিচাক কনাবু
থনৃগদগে অপোকপা !

ভয়ংখোম্বা— অচচ্চাচা চীঙ্খীবী,
নপা ঐগী চীঙ্খক্তা
অয়ৌরঙ্বা শাত্রহে ।
কয়িগীনো নহাক্পা
ঐগী পাম্বোম ওইরিবা
নোংখোম্ববু হাৎপদে ?

থবা— ইপুরোইবৈদমক্তা
থরায় হকচাং কল্লবা
ঐনা মাবু হাৎপনি ।

ভয়ংখোম্বা— হাৎননবা ফাব্রিবা
য়েক্লববু নপাগী
থাদোকপনা কয়িগী ?

থবা— মুপী ঐপী [illegible]
ঐপী ইপুরোইবনি ।
মহাক লৈতব্রবদা
লোইরে ঐপী পুন্নমক ।
তুংনকমদা তুংনবা
ঐনা মাবু কনবনি ।
তরংখোম্বা— পোকপীছনা মীওইনা
নাউয়োক নাউকোন্নরুবা,
নপা ঐঙোন্দগীসু
নঙগী নপুরোইবনা
লুম্বা, লুবা হেনব্রহে ?
থবা— পম্বৌ, অছুমকনি
ইপা ইমা অনীবু
থাদোক-হন্দোক্লমগা
মুপী ওইবী ঐথোয়না
মাপী কাদা রাইথুংবা ।
তরংখোম্বা— অচচাচা, চাম্বীবী,
নথন্নায়ন্থ পীছনা
পুল্লি ঈচেল চেলহন্‌বা
নপানিনে ঐহাকসে,
মীশক মুন্না থঙঙ্‌নে ।
থবা— থঙ্‌জৈ থঙ্‌জৈ অপোকপা ।
অয়ুঙবা থয়ায়দো

পীনবিবা পন্থৌনা
লোকখ্রে ইপুরোইবনা।
অপীবগা লোকপগা
অরোকপনা মপূনি
মুন্না খঙ্কৈজে নমোঅন্দা।

তরংথোম্বা— পীথোকখ্রবা পোত্তুদি
অপীবগী নত্তরে
অরোকপগী ওইথরে।
চুম্মী, অচুম ওইনমক
নহাক মীহাৎপুবগী
নরাল লৈরবীনিদো,
নঙবু লেপ্পা ঐহাক্না
কৈদৌনুংদা থাদোক্লোই।
মীহাৎপগী চৈরাক্কু
চপ্ হেক চানা পীগনি।

থবা— নীংঙাইদনা য়াজরে।
শায়বা-শোগী শৌরক্তা
শিজদোগী মহুত্তা
হাৎপিহনা শিবনা
থোইনা পামদ্রে থবানা।
ছাত্তোকপিরো নমোঅম্বু
লাইবকতগী শকচাংগং।

তরংথোম্বা— ইচা মীচা থায়দবা
তরংথোম্বা নিংথৌনি।
লানবু লাল্লক্লবদি
ইচা নঙ্সু অহু'ঙায়।

থবা— ইশায় ইঙম্ য়াবদা
নাচুংজদে থবানা
মায়রোঙ্ য়ানা লেপচরি
ইত্তীক ইঙম্ ঙাক্লবা।

তরংথোম্বা— ফাওহে, মাসী কাঙ্জাম্বা।
হুইগঙ্ থাংদ্না চিংলগা
মীহাৎপদা শিন্নরু।

ক্যুঙ্জাম্বা— মাঙ্লে মাঙ্লে ইনিংথৌ!

তরংথোম্বা— চৎলু, পুখ্রো হৌজিকমক।

কাঙ্জাম্বা— ওঃ! লায়িংথৌ ইবুংঙো!

তরংথোম্বা— অচ্চা! পুখ্রো চৎলুনেহে।

( থবাবু পুনবা কাঙ্জাম্বা চঙ্শিল্লক্লি—থাজসনা কয়া চেনশিল্লক্লগা )

থাজসনা— হায়! নঙ্গীশিংবু হল্লানবা,
চৎলু মীথোঙ্ লেক্লচো।

( হায়ত্রমা কয়া ইল্লৌ—কাঙ্জাম্বা নীংথেংননা তুথী থাজসনা থবাগী মমাঙ্দা লেপ্পী )

থাজ— মন্নীল লৈবা চঙ্লকউ
থাজ ঐগী খুত্তগী
অহুক মুল্লো থবাবু।

তরংখোম্বা— হাৎলু, মাক্সু থাজনি।

(তরংখোম্বা, কাঙ্লাবা অনীমক থাঙ্থত্না হোজিল্লক—ইমাগী থাঙ্না কাঙ্লাবগী থাঙ্মান তাকুনা মায়বা হোই হোজিনল্লিবা তরংখোম্বু চেং-শীনল্লিবা চীংনাংঙম্বনা কৈগাক থিংখ্রে)

চীংনাংঙম্বা— হা হা হা হা হা।

তরংখোম্বা লেপ্লু হে;
নঙ্গা ঐগা মায়রসি।

তরংখোম্বা— চীংনাংঙম্বা নংতরা।
থাঙগু মহু চাউরবা
নশোঙ্ লৈনা 'পু-খনূবা।

( হায়ঙ্হনা অনীমক থাঙ্গা থাঙ্গা মায়রি—থাজগী থাঙ্মান থাঙ্না ঙমত্র-বা নীংহম্লবা কাঙ্লাম্বু মায়া মায়া তায়খি থাজনা—চীংনাংঙম্বগী থাক্ কল্লবা থাঙ্মায়া তরংখোম্বগী থাঙ্ মৈথহনা লৈপাক্তা তাগ্রে—মতম অনীদা মৈতৈ লান্মী মমাম চেন্শানজক্না তরংখোম্বু চযোম শানা কোইশিন্নরে—অথাম্বগী থাজনা লাওয়কই )

থাজ— নপাচাবু য়োম্লুনা
মীগী মখোঙ্ লেক্লবা
থূরকী ঈনা লাইশাবা,
শিজরোহে লোনম্বা।
( কাঙলাবগী মঙক কক্না কাক কাক লোক্লকই )

চীংনাংঙম্বা— তরংখোম্বা কমদোই ?
থৌত্রিবরা নহাকপো ?

তরংখোম্বা— মচোম্ মপাক নাইদনা
পঙ্গাঙ্ থাঙ্গু তানীংদে।

খোঙ্‌গ্লীৎ খোঙ্‌লাও মচানা
অচৌবা হেক ওইন্দা
মীশক খঙ্‌দে হায়বদো
নয়াহৈনা তাকপ্রহে ?
ইথুযাগী নাই-নঙ্‌বু
তাউবা হুইগুম লোইরম্বা
ননিংথৌনি খঙ্‌ব্রহে।

চীংনাংওম্বা— মফুদেক্তা চাউথোকপা
চৌজিক কাওবা হন্দ'শাই
নওক করে খঙ্‌গনি।

( থাঙ্‌, শঙ্‌না হোচ্চিনগে তৌই )

থবা— ইপু, ঐগী ইপাগী
থয়ায়দাদি কনবিয়ু।

চীংনাংওম্বা— হায়দোকখ্রবা ইয়াথং
তাকচগনি ইবেম্মা।

( থাজম্মা লাউনা লাউনা চেন্নক্লি )

থাজ— ভয়ংথোম্বা শেম-শারো
নহাক ঐহাক লাঝানি।

চীংনাংওম্বা— তাওহে নিংথৌ ফুংকাউবা,
নমোম 'বেম্মা থবাবু
থাজবগা লোয়ননা
পোইরৈ সনা নৈপাকী
ফম্বাল ফমু থাজদা

কথোকচগে হায়'রদি
নমুম খুমন' লৈপাক্তা
পাঞ্জখিবা য়াগনি ।

তরংথোম্বা— হা হা হা হা হা ।
চৌংনাংভম্বা চোইত্রংবা,
নিংথৌ তরংথোম্ববু
হৌজিক কাওবা শকথঙ্‌দ্রি ?
উখ্রবগে কৈদৌউৈ
মূংলমদাইদা মৈরীনা
মক্না লূক্না মূংখিবা ?
তাখ্রবরা ননানা
হাইগৎপদা থংলবা
মৈগুম মঙক্‌ তল্লবা
মরীল খাবা খুমম্না
য়েক্লবদা লোনখিবা ?
লূক্লাইত্রবা মৈরীনা
মরায় কাঙ্‌না মূংপগুম্‌
মঙক তন্‌বা খুমনস্থ
মরায় লোংনা শিবনি,
থঙ্‌জোনছে অপঙ্‌বা

( ঐ তৈবা থাঙ্‌ পায়রবা থাজম্না লাউনা লাউনা য়োরক্নে )

থাজ— তাইবং থরায় পুম্বনা
মালেম পুম্বা কণ্ডুনা

মাবু কন'বিনবগী
ইথোঙ্ কোম্নরবস্নু
কন্‌থা ওয়্‌রোইদোবা
য়েক্লবনি মা ঐগী।
ঐগী য়াশক ভাকপনা
অরেপ্পনি ঐহাক্কী।
থুমন নিংথৌ কৈদোরি—
নহাক ঐহাক লাম্বানি
থোরকউ লাও চায়্‌নসি।

তরংথোম্বা— অচ্চা! মাগুম্বনস্নু।
লেরম্মুংহে নাবাঙ্‌বা,
থোঙ্‌পাক্তনা তাক্লুনা
খুত্তুম্‌ন্তনা শুত্‌লুনা
নঙ্‌গী থবায় লৌবিগে।

( হোচ্চিল্লকই—থাজসু থাঙ্ হুন্দোক্লগা চোংশিনথ্রে—পাংখাম মরু মরুদা কম্না পাযনরগা ইম্না-কাওনবা হৌরক্লে )

থবা— ইপা, ইপুরোইবগী
য়েংখিনবৈ মৈরক্তো
নশু লাইবকথাবাবু
ইপু, করম ছিংঙুগে?

চৌংনাংঙম্বা – ঈশিং-থাউদি ইবেম্মা,
তিল্লৌ-তোংনৌ য়াদেনে।

( মতম অসীদা লৈয়োন মথুত্তা থাঙ্‌ অমা পায়রুনা মৈতৈ থবগা :চন শিন্নকই )

লৈয়োন— হাৎলু হিংচা-য়াইতম্বা
তরংখোম্বা নিংথৌবু।
মাগী ওক্রী ঈওাঙ্‌না
মচায় মৈনা কারবী
মৈতৈ পোকপী ইমাগী
মায়খোঙ্‌ মচু শঙ্‌হনা
তদেক তনৌ তঙাংবী
মৈতৈ লৈমা ইমাদে
অমুক নৌনা ওইহনসি।

( হাৎলু, হাৎলু হায়রুনা লৈয়োন মীয়ামগা লোইননা চেনশিন্নকই )

চীংনাংঙম্বা— কনা 'মত্তা চঙ্‌কদে।
নাইতোম তাবা অমবু
মীয়াম চঙ্‌না হাৎপদি
ইনাৎ নত্তে মৈতৈগী।

( মতম অসীমক্তদা মথুৎ য়েৎ শত্তুনা তরংখোম্বা নিংথৌনা থাজগী মখৌরি মেৎকে তৌরকই—লকক্‌ তৌখিবদা থাজনা তয়ংবু খোঙপাক্লা কন্না কাওরকই—তরংখোম্বা ফিতম তাউনা নীংজোমদা হন্দুনা মাগী থাঙ তারিবা মকমদ্রদা ভুখি—থাজনা চোংশিন্দুনা নমগে তৌরবদা )

থবা— ওঃ— !

( হায়রুনা মিপাইনা তুংশা মপী হোন্দুনা থম্মোয় নীক্লা য়েংলগা মথুৎনা মমায় থুম্মিখি—থাজনা চোংশিন্নরবদা তরংখোম্বনা মখোঙ থুপচিন্নগ

কাওয়্কপদা মথবাক্তা পান্নুনা থাজ মীংহৎলনা তুপ্তি—তম্বংখোম্বনা মনাক্তগী থাঙ খুন্নুনা হৌগৎলক্লগা থাজ ওমা চঙ্শিন্নকপা উন্নুনা থবা লবাই লুতোন শাংখ্রে—অথুকপা মিপাইবা খোঞ্জেল্লা মীংবা কায়না— )

থবা— পঙ্খৌ—!

( কৌয়কই—তম্বংখোম্বা মচাম্বুপীগী অবাবনা লোল্লবা মায়খোঙ—মুংশা থবেৎ থবেৎ হোন্নুনা পিনা চোল্লবা মীৎম্না অনীনা তিঙক তিঙক নীংবা কায়না য়েংলিবত্ত উবদা থুকপা লৈশিন্নবা মপুক্লাং থুকখিবা থঙ্হৌদনা খোঙ্থাঙ্ লকক্তা মতোরি—মম্বক্ অসিদা লৈয়োম্না মনাক্তা তুন্নিবা থাজগী মথুক্তা থাঙ্ পীখ্রে—মচা মুংশিবা অঙকপনি -- মীমুংশি থঙ্দ্রবা তম্বংখোম্বা মচাবুদি মুংশিরিবোই— মশাগী হিংবা চঙবগী মতম অসীদা অকোয়বদা করি খোক্লিবগে থঙ্দমখৈ তম্বংখোম্বা নিংথৌ মীৎকুপ 'মতং মচাগীদমক থন্নুনা লৈরিঙৈ থাজ চোংশিনখিহুনা তম্বংখোম্বগী থবাক্তা থাঙ্না থিন্নখ্রে )

তম্বংখোম্বা— ওঃ — ! ( হায়হুনা মথবাক পায়হুনা তুথখ্রে )

লৈয়োন— মৈতৈ নিংথৌ মপাম্বী ;
য়াওম্ থাজ সনাম্বা ।

মীয়াম— য়াইফরে ।

( থবা মপাগী নাক্তা চেনশিনখ্রে )

থবা— ইপা'বুংঙো মুংশিবা,
হাদা পঙ্খৌ অপোকপা,
নমোম লাইবক থীবীবু
করি ওইরো হায়বগে !
লাঞ্জথিবা পুম্নমক,
পঙ্লবীনি থন্নুনা
ভাকপিয়ুনে অপোকপা ।

ভয়ংখোম্বা— নঙ্‌গী করি নরাম্লো।
মমা মপা হায়বসে
ওইনফম্নি মচাগী।
ননীং থুংজদবনা
ওইনকমদা ওইন'বু
নঙ্‌গী করি নরাম্লো।

থবা— মপোক পিশীং লিশীংদা
কোকৃউমত্রব ইরাম্মি।
মুংশিবিম্মনে অপোকপা।

ভরংখোম্বা— পভিউদকে। নহাকসে।
মচা মুংশিবদিনে
মকম মতম নাইদেনে।
অসীগুম্বা মমুংশ,
মমা মপা ওইবগী
পূজি মৈচেম্মরবা
মরাম্মংনি থগুজুনে।
লৈরবম্ম কোকচরো,
ইপা চৎলে পালহৌরো।
ওঃ —
(হায়জুনা অনাবা থাঙলম্লগা)
ইমু 'বুংঙো—শিদবা।
(শোম্মুনা মমীৎ উইশিনখ্রে)

থবা— ইপা'বুংঙো মুংশিবা।

তাইবং খোঙচং লোমদুনা
পুন্সি খোমেন ভূমখূনবু
তাম্রনে অপোকপা।

( মপাবু কোন্দুনা নোংখোংগুম কপ্লক্লে )

চৌংনাংঙম্বা— লৈপাক মীয়াম কৈদৌরি
লাক্লো—থাজ-থবাবু
থাজত্তুনা মেন্থক্কা
লৈমা নিংথৌ হাপ্লসি।

থাজ— ঐগী লায়রি অঙম্বা,
চাবা মনীং থুংত্রবা
শেৎপা মথা তমত্রবা
লৈপাক মীয়াম শিংসীদুম
পীজনবা তৌথিসি। ( লৈমোন্দা )
চৎলু, পুকচেল চাউরবী,
মৈতৈ-চনু শেংলবী,
পুকৈ-লনগৈ কাইদুনা
চয়াম-চতৎনরবা
নপাচাবু, ইবেন্মা,
নথুৎমক্কা য়েন্দুনা
ননীংতম্না পীজক্ক।

লৈমোন— মৈতৈ লৈমা মশাইকোন,
পোইরৈ সনা লৈপাক্না।

মীয়াম— য়াইফরে।

লৈয়োন— মৈতৈ নিংথৌ থাজনা—

মীয়াম— য়াইফরে ।

( লাওর লাওয়হুন' মীয়াম পূয়মক পূকৈ মনপৈ কাইবা চেয়খ্রে )

থাজ— থাদোই-তন্ফা থবা-ও ।

তাওড্লৌ ঈচীক হয়খ্রে,

থারৈবাক্তা থাজগী

থয়া নক্লা থোকচরো । ( থবাবু কোনথংপী )

থবা— ইপা হাংপা মীশক্লা

ইপুয়োইবা ওইরবা ।

[illegible]প্পা ফিজঙ্‌ হাইজিনথে,

